অহানবা ফোংবা—তাং ১।৪।৬৭

ফোংজবী—মহারাজকুমারী বিনোদিনী দেবী

মখুম য়েকপা—শ্রীখালেদ চৌধুরী




নম্ফম—শ্রীবীরেশ্বর চক্রবর্ত্তী
ষ্ট্যাণ্ডার্ড আর্ট প্রিণ্টার্স
১১৫এ, আমহার্স্ট স্ট্রীট
কলিকাতা-৯

মমম—লুপা অহুম মখায়

আকাশবাণী—ইম্ফালদা শন্দোকখ্রবা
বেতার-নাটক—'কাউরবরা রাস শান্নবগী'
অহিংদো—অমম্বুং 'নন্দির্নী' অনি অসি
লাইরিক—ওইনা ফোংবদা হায়রিবা
প্রতিষ্ঠান—অসিনা য়াবিরে।

অতুগা, গুরুদেব রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী 'একলা বসে হেরো তোমাব ছবি' হায়বা ইশৈ অসি মৈতৈরোন্দা লাইরিক অসিগী 'অশংবা নোংজাবী' হায়বা শরুক অসিগী মন্নুঙ চন্না ফোংবদা বিশ্বভারতীনা য়াবিরে।

মীশক তাকপা :—

গৌতম— লাইয়েকপা আর্টিষ্ট।

ইন্দু— মাগা অঙাং ওইরিঙৈদগী লোয়নরকপী লৈশাবী অমা।

কৈনাতোম্বী—পানা য়োম্বী।

ইন্দুগী মামা, মিয়াইচম্বা নুপা অমা, হোটেল মেনেজার, ছাত্রমচা অনি অমসুং হোটেল বই।

'অশংবা নোংজাবী' রূপ-রাগগী আর্টিষ্টসিংনা রূপমহলদা তাং ২০।৮।৬৬ ইংদা শানহনা উৎপীখি।

শকতমদা :—

গৌতম—শ্রীরবীন্দ্র শর্ম্মা।

ইন্দু—কুমারী য়েংখোম রমা।

কৈনাতোম্বী—কুমারী মেধাবতী।

ইন্দুগী মামা—শ্রীশ্যাম শর্ম্মা।

মিয়াইচম্বা নুপা—শ্রীশনশম ইবোপিশক সঙ্গীত বিসারদ।

হোটেল মেনেজার—শ্রীনোংথোন বাদ্য বিশারদ।

ছাত্রমচা অনি—(১) শ্রীধনচন্দ্র শর্ম্মা।

(২) শ্রীবুদ্ধচন্দ্র অহৈবম।

ডিরেকশন— শ্রীশ্যাম শর্ম্মা।

মিউজিক ডিরেকশন—পাহাড়ী।

অয়েকপা লাই পিবিরকপা—

শ্রীহাওবম শ্যামসুন্দর অমসুং

শ্রীথোইদিংজম তোম্বী।

ব্রাহৈ খরা,

ঐনা শাগৎচথিবা চরিত্রসিংনা ঐগী ইমাঙদা অহিংবা ওইনা থোরকপা উবদা অঙকপা মুণ্ডাইবা অমা ফংখি। পুকনিংদা ফাউখি, চরিত্রসিং অদো অমুক ঐগী নত্তরে; মাগী মাগী অধিকার না হিংলবনি—ঐনা ভাবোক। ঐগী 'অশংবা নোংজাবী' বু রূপ রাগগী আর্টিষ্টসিংনা নিংথিজনা শানবিথিবা উরুবদা লাইব্রিক ইবগী মহৈ য়াল্লে খনখি। থাঙ্গৈশেংবা লাইব্রিক অসিবু ফোংনিংলকপগী ইথিলস্থ মসি উরুবদগী পিরকই। মসিগীদমক রূপ-রাগগী আর্টিষ্ট-সিংগী মফমদা লমন তোনজরে।

লাইব্রিক অসিদা য়াউরিবা ড্রামা মচা অহুমমক অল্ ইন্দিয়া রেডিও দা শানখ্রবা রেডিও ড্রামা ঙাক্তনি। ঐগী অশংবা নোংজাবী, শিল্পী হায়না মিংথোনখিবা রেডিও ড্রামাদগী ষ্টেজগীদমক শেমদোকপা ড্রামানি।

লাইব্রিক অসি ফোংনবা হোৎনরকপদা ঐগী অশংবা নোংজাবিগী নায়ক শ্রীরবীন্দ্র শর্ম্মা অমসুং শ্রীশ্যাম শর্ম্মানা অকনবা ইতেং পীবিখি। অশংবা নোংজাবিদা য়াউরিবা 'একলা বসে, হেরো' তোমার ছবি' হায়বা রবীন্দ্র সঙ্গীতপু সৈতৈলোন্দা হন্দোকপীবগী-দমক শ্রীমাইবম হরিচরণগী মফমদা লমন তোল্লবনি।

বিনোদিনী

লান থোকচরে—

লোইনাইদ্রবা খোঙচত্তা চংলিবা,

মাইথীদ্রবা মখোয়দা।

........the playlet from the pen of M. K. Binodini, entitled **"ASHANGBA NONGJABI"** ( translated as Azure clouds of a crimson evening ) and portraying the life of an artist, was an experience of beauty. Entirely original in concept and in the art of acting style ( Director : Shyam Sharma ), this play opens a new world of beauty on the Manipuri stage which keeps in tune with the changing Styles of theatre. Painted on a small ( perhaps too small ) cavas of a few fleeting scenes, the play suggests, rather than proves, with sensitive overtones, the life of an artist as a seeker, an explorer and aspire after the infinite which an artist tor that matter Man, basically is. It also correctly portrays the artist as an "Outsider" in this harsh competitive world against the "Bandhan" of a sweetheart and panwali ( possibly at the call of freedom ) which really provides "Hladini Shakti" ( Joy giving qualities ) to the artist which he purchages at the price of deep pain and suffering. But the artist is alone. It was indeed a pleasure to which Rabindra Sharma not merely playing but living the role reaching heights in acting,......what distinguishes particularly this playlet is the new acting style with commendable modulations of voice and restraint, which approaches the Starilaverky technique of "finding the inner line". I wish that Manipuri stage also make a gradual switch over to this style of presentation which portrays the characters in their interest best. It is indeed an experience to watch for the first time, perhaps, in Manipur, a deeply Psychological play with new horizon of contemporary acting style.

**The Manipur Times.**



"মানা নোংমতা ঐঙোন্দগী নিবা নত্তে ঐনা পীগে নিংবনি"
"ফবে ফবে"



"তৌবক্কনুসে ঐ থকওই থকনিংদে।"



“পানা য়াউরি চাগেরা ?”

“কদাই ।”



গতনু ঐ কি ইন্দু, উ রাদবা ভমদে ·· ।”



"অচ্ছা ইন্টাবভিউ কৈদৌঙনি হায়বা ?"

'ঙসিনিনে ঙসি।"



"ভাবাসে নোংমা নোংমগী হেনগংলকনি।



"চুম্না য়েৎপা অনিনিনে ইবুঙোনা মী ওইদ্রিবা



"বানৌবিন্থ তামো। কৈদোঙে অমুক লাকবোগে?"
"লান্নিংবা সুমিত্রা।"

# "অশংবা নোংজাবী"

## [ অহানবা উৎপা ]

[ গৌতমগী বা—অযুক পুং ৯ লোম তাবা মতম্।

ইচাই চাইবা বানি। কাগী মচি তমলা যমুং অমা লৈ। ফক অমত্তা মখাই, ফি-বোল থোইনা যাওদে। নাকলদা লোইপ্রিবা অয়েকপা ক্যানভাস অমা। টেবল মচা অমদা বং, ব্রশনচিংবা লৈ। থৌরি অমগ আর্টিষ্টবা ফিবোল অমা তনি যাল্লি। কাগী মন্থুংদা থোং ময়াদা চৌকি অমা থায়। মোডা অমস্থ লৈবা উই। কাগী মন্থুংদা থোংনাও মচা অমস্থ ফাংলি। ইজিচ্যার অমস্ত লৈ। গৌতম্না মতুং ওম্থোক্তুনা লাই য়েক্লি। মতাং অসিদা ইন্দুনা চংলক্তুনা থোং ময়াগী চৌকি অতুদা ফম্মী। ডিস্তুর তৌগনি মতাগুম চেবশিন্না ফম্মা। ]

গৌতম—[ ইন্দু উরক্তুনা ] কয়া কুইবে ইন্দু ? ফম্মু। কৌবকপা যাদ্রা ? [ ইশৈ ঙনা ঙংনা লাই য়েকপা, অমুক য়ে থোক্তুনা—] অহুবু লোম্না লান্দাবকপগী অর্থ করিনো ? ................হুন্দ্রবা লাই তসে মগা য়াম্না কিনববা ভাইওলেট-ন ব্যাকগ্রাণ্ড ওইগে। [ইন্দু শাওনা গৌতমগী মনাক্তা চংশিল্লকই]...নং লাকই হায়বা কনানো অমনা তাকলকইনে। [ ইন্দুনা ত্রাস মুনবা ]...বা ! কবি ইন্নফিনো সিদে। ইন্দু, মসিগী ফিদা অসি ঐনা ইনগন্থ হায়দ্রা ? অহুবু নোংথাং লৈমা ! ওসিগী মচু অসিবু কনাগী কোকথক্তা তারুদৌরিবনো ? অওইবা ইন্দু, নংনা য়াম্না কেবসে ঐ শুকপাম পামদে। নংগী লৈ মথেৎ অমা লৈবদাইনে; শমজিদগী তাখিহুনা লমখাংদা পনবা মানবদো, মহু ফজে।

ইন্দু— ঐ রাচোই ঙাংবা তাবা লাকপা নত্তে। থবক্কী লাকপনি

গৌতম—থবক্কী, My goodness! অহুকলুবা রা অহু ঐবু তাহনগন্নু। থবক্কী রা, হাঃ হাঃ হাঃ···করিনো মতাসি।

ইন্দু— ঙসি করি হায়নখি?

গৌতম—[ খন্দুনা ] ঙসি করি হায়নখি? ঙসি নংবু ঐনা লাকউ হায়খিবরা? শাওন্নু, ঐ কাউরে। তো, শাওরেদো। অহুম্না নচিন পোমথোক্কনু, খুদোংথিবা লৈয়ে।

ইন্দু— ঙসি নত্তবা ইনটবভিউ হায়বদো? হৌজিক পুং কয়া তাবে, খঙলবরা। থোৌবাং লোয়বোসে, ঐ আদা লৈরমগে। ঙায়খো, ঐনা অম্মুক য়াম্না রানা নংগী থবক অমত্তা ফংনবা হোৎনবা অসিবু নংনা থৌ ইশা শাদবা অসিবু করিগীনো?

গৌতম—ঐনা ইহায় হায়দনা নংনা খনবিবা অসিননিনে নংবু—"ঐগী লাইরেম্বী" হায়রিসে।

ইন্দু— রাচোই তোকখোসে। মুঙাইরিবরা অম্মুম্না হিংবসে? হৌজিক্তি ক্যানভাস তি হায়রুন্নু, রং ফাউবা লৈবা ঙমশিল্লক্করে। আর্ট স্কুল গী থবক অসিদি অওইবা নংগা য়াম্না চানৈ। নংগী য়েকপা খোৎপদম্মু করিমত্তা কাইরোই, হেন্নহুম ফগনি—তারিবরা ঐনা হায়রিসে?

গৌতম—[ ইন্দুবু আর্টিষ্ট কী মিৎয়েংদা মুন্না য়েংবা ] হৈ, ঙায়খো, লেঙগন্নু। [ চে, পেনসিল লৌহুনা স্কেটচ তৌবা, ইন্দুম্মু লেঙদবা ] অহুক য়াম্না ষ্টিফ ওইগদবা নত্তে।

ইন্দু— মুঙাইখিদ্রে নং অসিমা, কোম্না স্কেটচ তৌবা য়াদ্রা? রা মরক থৎপা অসি ফত্তে গৌতম। ঐনা হায়বদি অম্মুম হায়না হিংবা অসি মুঙাইরিবরা হায়বা?

গৌতম—মুঙাইতে। অহুবু Vincent Van Gough ফাউবা

ব্রাস লৈনিঙায় লৈতহনা শিখি—অহুগা Mozart died a poor man. [ চংশিন্দুনা কমুংদা কম্মী ]…ইন্দু !

ইন্দু— করিনো ?

গৌতম—ব্রা অমা হায়গে, নং শাউগদরা ?

ইন্দু— হায়রগা খঙবা হায়দ্রুনি।…নং অসিবু, ঐবু শাউবু শাউশিরা, শাউবু শাউন্নুশিরা…

গৌতম—অস্থুম খঙদনা শিখিবা তায় অসিরা ?

ইন্দু— শিখিবগীদি ব্রাদেয়ে, মরক অসিগীনি ঐনা ব্রাবদি।

গৌতম—সে ইন্দু, অসিদা লাও, ঐগী ইনাক্তা চংশিল্লকউ। নিংথিনা অসিদা ফম্মু। [ ইন্দু চংলক্তুনা মনাক্তা ফমলে।] ঐ ব্রা অমা হায়গে, নং শাউদি শাউন্নু। নংনা শাউখিবা অসে ঐগীদি অরোয়বনি। ঐ খঙই, নংনা ঐগী য়াম্না ব্রাব্বিরে। চুম্মী, ঐহাক থবক অমা তৌত্রবদি ঐগী ফিভম যুগোৎ চাদবা তায়…অহুবু ইন্দু! করিগীনো নংনা ঐগীদমক অস্থুক য়াম্না ব্রাবিরিবা অসে ? অসিমস্থ অঙকপনি ! কৈদৌরে ? শাউরবরা ? ফাগী তৌবনিদা ; অচ্ছা, ইনটরভিউ কৈদৌঙৈনি হায়বা ?

ইন্দু— [নোক্তুনা ] ঙসিনিনে ঙসি। কয়ারক নিঙশিঙখোগে ঐবু ? চৎলমদাইদা ঐবু হৌরোরা ? থৌরাং লোইরম্মো চৎমিন্নসি।

গৌতম—ঐ অহুম লাকচগেদা, ঐবু অঙাংলনে ?

ইন্দু— অঙাংনহুম খরা হেন্না ফৈ। নংবু কয়া কুইনা নখুৎ শমহুনা হৈনা ভস্থিখিগদগে ঐ খঙদে। য়েঙোই, মখোয়না নংবু য়াম্না পাম্মীদো।

গৌতম—মখোয় হায়বদি ?

ইন্দু— আর্ট স্কুল গী কাংবুদো ; নহাক্না চংলকউ হায়বা য়ানি হায়বসে থাজদবনি। ঐনা নংগী এপ্লিকেসন

পীরুবদা মখোয় কয়া হয়াউখ্রে। নংগী থবক অসিদি ওইরগুম্বনিদা। মখোয়না নংবু ওস্থোক্লা পামখ্রে, অওইবা।

**গৌতম**—ঐবু পাম্লীবদি করিগী ?

**ইন্দু**— ইস! নং অসি ওস্থোকপনিদ্দকো, নংগী নগুন মখোয়না মুম্না মশক খওই।

**গৌতম**—অদু ওইরবদি ইনটরভিউ তৌদ্রবস্তু অদুম লৌবিয়ু হায়ুদনা।

**ইন্দু**— মদু য়াদে। মীগী চৎনবী নিয়মদি থুগাইবা য়াদে।

**গৌতম**—নংস্তু নংনা ওজাগী থবক তৌবা মতমদা ইনটরভিউ য়াওবরা ?

**ইন্দু**— য়াউদদে!

**গৌতম**—অদুননিদনা—লমহুই মমৈ য়াউদবনা অতৈদস্তু মমৈ ককথৎলু হায়রিসে। অওইবা ইন্দু, করিগী ইনটরভিউ নো ঐ ভাব তাবা ওমদে। ঐবু খওলবদি অদুম লৌবা য়াদ্রা? করিগীনো, কোনশেংনি খওলবমক্তদা খিওদুনা য়েংগদৌরিবা অসিবু। সিলেকসন বোর্ড কী পরিক্ষা লাস্থোকপা ওস্বা পণ্ডিত ঐ ওইদবস্তু য়াই। ইন্দু নং ঐবু ব্রাহনগম্নু।

**ইন্দু**— অদুবু কয়া রাবা থবকনো। ওহাক্তং চৎতুনা উনরুববু কয়া রানি।

**গৌতম**—রায় ঐদি রায়। ইনটরভিউ গী পল অদু চোংবা ওম্বগী বিম্বা ঐওোন্দা লৈত্রবদি কমদৌনি? ঐনা মাইথীতুনা হল্লকপা উরগা নং মুণ্ডাইগদ্রা ?

**ইন্দু**— অদু ওইরগা তোক্লো, নংবু খওনবা তাকপা ঐস্তু হৈত্রে।

**গৌতম**—ঙাইখো ভপথখো, শাউখিম্নুনে। অওইবনি নংনা ঐবু কয়া তাকপিখিনি। অদুবু নংনা ঐগীদমক অস্তুক য়াম্না

রাবিরিবা অসি করিগীনো ?

ইন্দু— মরম লৈতে। রাবা অম্মুম হৈনরক্তুনা তৌবনি। অসিনা পাউখুম ওইবা য়াগদ্রা ?

গৌতম—হুম !······হৈনরকপা ! হৈমরকপা অসিস্থু য়াম্না কনবা লায়নানি। ইন্দু, ঐ থবক তৌররোই, হৈনরে ঐস্থু ঐগী পুন্সিসে।

ইন্দু— [ শাউনা ফুক হৌগত্তুনা ] তৌগে তৌ, তৌরোই তোকউ, ঐ চৎলে।

গৌতম—তো, শাউরেদো ঐবু শাউম্নু হায়রমক্তদা। ঙাইখো ফমখোনে।

ইন্দু— [ কপ্লিংনা ] করিগীনো নংনা ঐবু রাহল্লিবা ? নংন তৌরোইদবা লৈরবদি হান্না হায়বা য়াদ্রা ? করিগীদমক অম্মুক য়াম্না ঐবু চেলহল্লি······নং নহালদি ঐনা হায়বমখৈ য়ানি হায়বদায়।

গৌতম—কপকন্নু, শাউম্নু ঐ লাল্লেসে। তৌরগে, ঐ থবক তৌরগে। তপথখো রা ঙাওনখিসি······অদুবু করিগীনো নংনা ঐবু চাকরিগী লাংদা থুহন্নিংলিবসে—নং ঐবু মুংশিদরা ?

ইন্দু— নং অসি মী ওৎপা য়াম্না হে। ঐস্থু নংগীদমক খল্লরোই হায়না রাশকপা অসে মশিংবু নায়রমলোই অদুবু হেক্তা ঙমদে। মসি ঐগী অশোয়বনি।

গৌতম—অদুবু ঐগী পাউখুম পীখো। নং ঐবু মুংশিদরা ? করিগীনো নংনা ঐবু চাকরিগী থৌরিনা পুলহননিংলিবা, মদু হান্না হায়খো।

ইন্দু— চেৎনা পুনবদস্থু মুঙায়বা অমা লৈবনি। চেৎনা পুনবগা লিশাঙ থাবগস্থু মান্নদে।

গৌতম—হাঃ হাঃ হাঃ [ হৌনা নোকপা ] ফিলোসফি! নংনস্থু

ঐ'ঙান্দা ফিলোসফি! হায় অঙাওবী, চাকরিদি কোম্নংগী শগোল য়াইশগী শফমমক্তি নত্তেদনা। অদুগা শগোল য়াইশ করম্না থম্মী খঙলবরা? শৈষ তরা কুম্না সেবা তৌই, মথক্তা থাগল খল্লি, খ্বাইদগী অনৌবা শক্তিক্লা থাকই। মুঙাইদৌবোয় নিংলুই অপংবা নংগুম্বী ভাবোক্লা। মুম্না খল্লু শগোল য়াইশগী পুনশিদো মুঙায়রমগদরা চিংনিঙায়নি।

ইন্দু— মীওইবা পুন্নমক লিপুন অমা নত্রগা অমনা পুনবা ঙাকনি, নত্রবদি চাং পুবা ঙমদহুনা অঙাওবগী মরক্তা মিং চনবা তায়।

গৌতম—ইন্দু, নং ৱা ঙাংবা য়াম্না হৈরেনা! কনানা হায়রিবা ঐগী লিপুন লৈতে। মসিবু ঐগী ইতুং কোয়না ইল্লম্বী নূপীমচাহুরা? কদায়দগী তম্লুই চাউশাংবা ৱাহৈশিং অসে? অদুবু লিপুন খুদিংমক কল্লকনিঙায় নত্তে, করিনো ঐগী লিপুন খঙলবরা? Freedom, absolute freedom···অঙাউবগী কাংবু, কদায় কদায়দগী তমলুরিবা ৱা ময়ামনো।

[ মুপা মীয়াই চনবা অমা চংলকপা ]

মুপা— এঃ [ চৎকে তৌবা ]

গৌতম—ওঃ লেংশিনবিরকউ। করি থবক্কী? লেংশিল্লু চৌকিদা।

মুপা— ৱা অমত্তা হায়জগে লাকচবনিনে অদু···ঐ ঙহাক লৈরগা লাকচগে।

[ ইন্দু উবদা চিংনহুনা চৎকে তৌবা ]

গৌতম—কৈদৌরগে?

মুপা— ঐগী সি তাঙ্গা থরা চাত্রমাল্লে। ইবুঙোগী ৱারি ৱাতাই শাবদা কাইগদবা লৈরগা কোম্না লাকনিদনা।

গৌতম— নোক্লুনা ] কায়রোই, কায়রোই, তাদনা চৎখ্রগা অমুক ইরাইনা শাজনি। করি থবক্কীনো অহুম হায়বিয়ু।

মুপা— ওম্থোকপনিদা, ইবুঙোনস্থ করি থবক্কীনো ঐঙোন্দা হংবীরি। নহালগী ফোটোছবু শিনদোকপা লোয়রবরা ? ৱারেদা থৌনবসে।

গৌতম—পায়বু পায়ব্রিয়ে। ইন্দু, নং ঙহাক্তা ঙায়খো ৱা লৈরী। তাদগীছু ঐ পায়বা ঙমজব্রিনে।

মুপা— ইস! করি ৱানো ইবুঙো। সম্বৎসর নংনবা তৌবিবা ঙমলোইদৌরিবা জাৎলা ? ইবুঙোনা হায়বা তরানি, কুম্নি থমজরমগে, নংহনবিদবা য়াদে হায়জরগা। ইয়াম্ববু কয়ারক হন্না লাকচখোগে ? লাই য়েকপা অসিমক হৈরমদ্রবদি ইবুঙোনা ওইগদৌবা ফিভম অসি কবিনো খঙদে। লোইবিরো ইবুঙো, খরা থুনা লোইবিরো। হৌজিক ঐনা পুছনা চৎলবস্থ ফজনর-ৱোয়দো।

গৌতম—হোয়, লোইনবা হোৎনবা হায়বছুনি। কয়া ৱাৎলি সম্বৎসরদি ?

মুপা— তরানিমুক্তা ঙায়রেনে ইবুঙো, মতম লৈত্রবা পোর্থননে। ইবুঙোবু থাজরুবদগী অস্তি ফাওবা ফোটো য়াওদনা লৌখৎখ্রদো। লোইবিরো লোইবিবো···খর থুনা লোইথোকপীনবা তৌবিরো ইবুঙো।···আদগী লাইসিনমুক কনাগী—মসিস্থ ইবুঙোনা য়েকপা নত্রা ?

গৌতম—মানি, মসিস্থ লৌইব্রিয়ে।

মুপা— মসিনা কনাগীনিনা ?

গৌতম—কনাগীস্থ নঙে, ঐনা চুম্না অস্থম য়েকপনি।

মুপা— অস্থম য়েকপা অসিননিসে ইবুঙোনা মী ওইব্রিবা। অওকপা থবক হায়রবদি চহী অমা চঙইদো। কয়াদি

কুইরে ইয়াম্বনা ইবুঙোদা ফোটো অসি থমজরমলিবা। কনানবু অস্তি নংগদরা হায়দনা থম্লম্বা অতুনা চহী ওনশিনলকলে। ইবুঙোগী মতৌ অসিদি লাই য়েক্তুনা চাবা ঋাবোই।...সে ইবুঙো, ইবুঙোনবু পায়রবদি ঙহাক্তনিদা। ইয়াম্বস্থু মতু খঙতুনা চঙজরকপনি। মখোইগী ফোটো শিন্দোকপা তুকাল অমা পাওনা রোডতা লৈবদায়নে, মমলনা য়ামলিবা, মাম্না মানদ্রিবা। সৈত, ইবুঙোনবু তুকান অমা তৌববদি মখোয়গী তুকানকাতু লোইনা শিনি, অমত্তা হিংলোই। অতুগনে, ইবুঙো লৈখিদ্রবা মুপীসে ঐগী ইনাও নূপীনে। ইকুবোকখোইদা ফিরোয় নংনবা পুরকে হায়দোকলমলবা পোৎনি। য়াম্না মাললহনবিযুকো অতুগা শমক্রু অমতংগা ফজনা নমবিযু।

গৌতম—তাদগী ইনাওমুপীতুবু শমক্রু থুংবরা ?

মুপা— থুংদে ইবুঙো, অতুদা মান। হৈনিংলগা মবক মরক্তা নম্মী—হেবা, মবক অমা শমক্রু নম্বা য়াম্না চৎনরমদাইনে।

গৌতম—হা...হা...হা.. হৈনিংলগা নম্লর্বদি থুংবগুম্বনি, কৈস্থু কায়দে, কদায়দা নমশিগে ?

মুপা— খঙদে, ইবুঙোনা আর্টিষ্ট নি। ফজগদবা মফম যেংতুনা হেক্তা নম্বীযু।

গৌতম—ঐনা হেক পাম্বা মফম হাযুবা ?

মুপা— কদায়দনিনা ?

গৌতম—ঐনা হেক পাম্বা মফমদি পীশুম মরক্তা, মীনস্থ উদনবা, নম্মী হায়বস্থ থোকপা।

মুপা— হেঃ ইবুঙো অমা মথোং চাখিদ্রে। কনানবু অতুম্না করেম্লবা হৌনদে। অতুদি ঐ চৎচরে, নংনবা তৌবিয়ুকো। ঐ ঙসি হুমনি লৈরগা লাকচগে। পৈশা থমজরমলোবা

ইয়াম্ববু? গৌতম—থম্বীরমগন্নু। লেংলো লেংলো ঐ য়েংগে।

[ মুপা খোকলুরগা অমুক হুম্ভিললকপা ]

মুপা— ইবুঙো, রা অমত্তংগা।

গৌতম—করিনিনা?

মুপা— হন্দক্কী পিকচর অসিনবু ইয়াম্ববু পেল্লহনবা ঙমলবদি ইয়াম্বগীসু ফজবা, য়াম্না ফজবা অমতংদি তৌবিবা তায়দো।

গৌতম—য়াম্না ফজবা হায়বদি তাদ মান্দ্রবসু য়াগদ্রা?

মুপা— মানসু মালহনগদবনি, অদুগা খবদি হেন্না ফজহনবা তায়। অসিদনিসে লাই য়েকপা হৈবা হৈতবা নাইবিসে। হৌজিককালগী, ইবুঙোবুদি নওেকো আর্টিষ্ট শিংসিনা য়েকপালাইসিদি ইশক মানবদি হায়রুন্নু, য়েংবদা কপনিংইহৈ ইবুঙো হায়রুবে মানবা পামলগাফোটো নমলুচোয়ে। ফোটোবু পামলবদি করিগী ইবুঙোখোয় থীরুনি, নত্রনে ইবুঙো? খবা শেমদোক শেমজিন তৌনব গীদমত্তবু চংলকপনি। হন্দক্কীসিবু ফজরবদি সৈত, ঐগী ফজবা অমা য়েক্তবা য়াদ্রে। কুইরপোৎনি ঐসু নিংহুনা লৈরিবা।

গৌতম—[ নোক্তুনা ] ঙায়খো তাদ, তাদনা মানবা মানবা, ফজবা ফজবা হায়রিসিবু চহি চাম চনিগী মতুংদা তাদগী নশক অদু য়েংলগা, কনানা মাল্লি মান্দে খঙবিদৌরিবনো?

মুপা— অদুনবু ফজহল্লু হায়রিসিনি। চহী চাম চনী লানখ্রবুদি ইচা ইগুনা মবায়না খুকমজগনি। মতম অদুদদি লাইওইরদবনি, অদুদি হংচিৎসি লাকচগেকো।

গৌতম—হংচিৎ লাক্ত্রবসু য়াইদা। তন্নানি হায়বা অসে মতম য়াম্না শাংলিদা।

মুপা— হেন্না, চহি অমা থম্বা ফাউবদা মতম তেল্লবদা তন্নানিনা হেল্লা শাংলবরা? অসুম তৌরবদি ইবুঙোখোয়গী কারাবারসে কুইদৌ মান্দে।

গৌতম—ফরে ফরে, লেংলো লেংলো, ঐ নংনবা তৌজগে।

মুপা— অদুদি চৎলে ইয়াম্বা, ন্নারৌবা য়াদেকো।

[ মুপা থোকখিবা ]

গৌতম—হুঃ মানস্থ তাকপা শারি। মখোয় অসিনা ঐবু ওম্থোকনা ন্নাহনখ্রে হে।

ইন্দু— [ য়াম্না তপ্না ] ইনটরভিউ হায়বদুবু চৎকদৌরিবরা?

গৌতম—[ শাউনা ] ঐ চৎলোই। ঐ মীনা য়ানবা পাউখুম পীবা হৈতে।

ইন্দু— [ নিংবা কায়না ] অদুদি ঐসু চৎলগে।

গৌতম—ঙাইখো চৎখিনু—ঙহাক্তং ঙাইখো। মুমিৎ অসি অসুম্না লোইশিনবা হৌনদে, পাম্মুদ্রা? ইশৈ মুংশিবা অমা শকখিগে, তাখো। ঙহাক্তা লৈখো ইন্দু, ঙহাক্তনিদা।

ইন্দু— কোম্না নোংমা তারগে। [ ইন্দু থোকখিবা ]

[ গৌতমনা মানা থোকখিবা অদু মুম্না য়েংহৌই। ঙহাক চুরুপ অমা চমদুনা থোংনাও মপাদা লেপ্পী। থঙহৌদনা তফিং তফিং চুরুপ অদু লংথোকখ্রাগা থৌরিদা য়াল্লিবা এপরন অদু লিংশিন্দুনা এপরন পায়দুনা লোয়দবা অয়েকপা লাই য়েক্কে হোৎনবা। ঙহাক লৈরগা ব্রাস অদু থমলগা মাগী ফমুংদা লোংখাক লোংনা মমিৎ উইশিন্দুনা হিপ্পী। পাখং অনি চংলকপা, ময়েংজুমদা খাউ অমমম য়াল্লি।]

১বা পাখং—তামো তামো, চেপ্পবরা?

২বা পাখং—হকচাং ঙম্বিত্রবা তামো?

গৌতম— হুঃ।

১বা পাখং—ঐখোয় লাকচরে। কৈদোৗরগে মতম চাদনা চেপলি-বসিবো, ঙমত্ররবরা? ঙসিবু লেঙবা ঙমলোইদৌরিবা জাংলা?

গৌতম—নখোয় চংলো, ঐ ঙসি চংলরোই।

২বা পাখং—তামো য়াওদনা ঐখোয়না কৈদৌনা চংলুনেগে। হকচাং ঙমত্রগা নোংমা চংলগা লোইরে। ঐখোয় লৈজখিনি। তামোগী করি করি দরকারনো তৌজরমগে। ডাক্তর কা কৌবা তারবস্থু কৌজরমগে।

গৌতম—ঐ নাদে, নখোয় চংলো।

১বা পাখং—তামো, লুকক্কা হারবরা?

গৌতম—চাদে।

১বা পাখং—ইস, থেংলেনে; ঙঃ নং অমুক্তা টিফিন ক্যারিয়র অমা পুরগা চাক লৌরুগেরা?

গৌতম—লৌরুম্বু য়ানি। নখোয় চংলো; ঙসিদি ঐ চংপা ঙমলরোই।

১বা পাখং—ঙসিদি তামোনা মুমিং পীবিবনি। মাদি অফিস ছুটি ফাওবা লৌরগা লাকলিবনি। হকচাং কৈদৌত্রবদি ঙহাক লেংলুসি। চংথোকলগা মরাইনা ফজগনি।

২বা পাখং—তামো, আদগীসে লোইথোকপীরোবা। মসি লোইরগা one man exhibition তৌথোকসি। ঐখোয় লোইনা থৌরাং তৌজগে। অতুগা তামো, তামোদি মচু শিজিন্নবা অসে ওস্থোক্লা কিবিখিদ্রেদা—ঐখোয়দি জুৎ চানরোইদ্রা খনবদা খুৎ থাবা শুকয়া য়াদে। মচু অসিবু করম্বগা করম্বগা থংনরগা জুৎ চাগদগে? মসিগী মরমদা ইবা লাইরিক্কা লৈত্রা?

গৌতম—ঐ খঙদে। মহৌশাদা হংউ, মরায়না তাকচরক্কনি।

অস্নুক য়াম্না পাইরিবা কুরাক্কী মশাদা নাতৈ চাদবা কলর কম্বিনেশন উরবরা ? ঐঙোন্দা হংলক্কম্নু। য়েংবা তল্লগা লাইরিক লৈহ্নুনা পাক্নচো।

১বা পাখং—ঐখোয়বু এবষ্ট্রেক্ত আর্টঅসিনা কৈদৌঙৈ তম্বীগ-দৌরিব। তামো ? হৌজিককাল অসিদি এবষ্ট্রেক্ত আর্ট হৈত্রবদি লাই য়েকপা কৌনদ্রে।

গৌতম—[ খংশাউ শাউরকপা ] তুং, অহুবু তম্নগা হৈবা পোৎলা ? মহু ঐ তম্বিবা হৈতে। কবিতা ইবা তম্নবা স্কুল লিংখৎলি হায়বা তারবরা অপং ?

১বা পাখং—তামোগী আদগী এবষ্ট্রেক্ত অসি য়েংবদি মুঙাই হায়ববু খঙবদি রাখ্রে্দা, অসিবু করিনোনে ?

গৌতম—য়েঙবা মুঙায়ববদি খঙদ্রবস্নু ফরে। মহু খঙবদগী হেন্না খঙলবনি। নংবু খঙনবা য়েকপা নৗে। কদায় য়েংগে নংগী স্কেটচ।

[ অনিমক হরাওনা খাতা পিশিনবা ]

গৌতম—[ ১বা পাখংগী খাতা য়েংহ্নুনা ] য়াম্না ফৈ। পেনসিল পীয়ু। চে পীয়ুনে।

১বা পাখং—ঐগীসিদা হেক্তা য়েকপীয়ু।

গৌতম—হু ঐ নংগীদা খুৎ থারোই। অতোপ্পা চে অমা পীয়ু। স্কেটচ তা হাম্না মকুপ মতা হোৎনগন্নুনে। মিৎ নাকোং মান্নবা হান্না হোৎনগদবা নত্তে। মওং···মওং হান্না য়েংউনে অহুগী তুংদা ডিটেইল কদায় নংগী অমুক য়েংগে।

[ অনিগুবা পাখংনা লাই উৎপা ]

ফোংদোকউ, নশাবু ফোংদোকউনে। য়েংউ আদগী উসে, চুম্না হৌবোই নিংবরা ? মাগীস্নু মেস্যেজ অমা লৈ,

পাউজেল অমা য়াওরি, মহু করিনো নংনা তাগদবনি, নংনা খঙগদবনি, ঐনা তাক্কদবা নত্তে।

১বা পাখং—অহুদা তামো, টেক্‌নিক্ হৈতনদি হেক পংয়েক য়েকপা য়াদবনিনা।

গৌতম—টেক্‌নিক্‌তি তম্বা য়াইনে। অহুবু নংগী feeling, নংগী ইথিলদি কনাদগী তমদৌরিবা? মহু নংগী শরুকনি। কিরম্নু, করিমত্তা কিরম্নু। নং আর্টিষ্ট নত্রা? করিগী কিদৌরিবা—করিনো নংনা তারিবদো, করিনো নংনা উরিবদো, মহু নংগী নি। আর্ট টেক্‌নিক্‌তি পাম্বেনি, খঙলবরা? তাও, মখোয়না হায়রিবসে—শৈরেং, ইশৈ, that musical value, মহু ঐ নখোয়দা তাকপা হৈরোয়। অঙাংনা য়েকপা লাই নখোয় উরবরা? অমুক্কা য়েংলুচো। য়েংউনে য়াম্না য়েংউনে, ঐঙোন্দা হংলক্কনু। [খঙহৌদনা] হৈ থেংখ্রে, চৎসি, স্কেটচ তৌবা থেংখ্রে। ঐগী খাউদি, ওঃ......। নখোয়বু খরা ঙন্না লাকপা য়াদ্রা?

[ খাউ য়ানশিল্লগা মাং থাদুনা চৎপা ]

১বা পাখং—তামো তামো, এপ্রোন অহু অমুক্তা লৌথকপিরমখো।

[ এপ্রোন লৌথোকপা অমম্হং হন্নাও হন্নাও চৎমিন্নখিবা ]

# "অনিঙবা উৎপা"

[ হোটেল মেনেজর গী পোত্থানবা কা মচা অমা। ফক্লাংদা অহোংবা লাই থেংলি। মচি অমদা ফমুং মচা অমম্ থাই—টেবিল মচা অমা, আরাম চৌকি অমদা মেনেজর পোত্থহনা লৈরম্মী ]

কৈনাতোম্বী—ঐজ্ঞা, ঐজ্ঞা মেনেজরবু লৈবরা ?

মেনেজর—করিনো ইবেম্মা করিগীনো ?

কৈনা— মপাল্লোমদস্থ হংজরুরে—পোৎথাবা চংখ্রে হায়। শেল খজিক্তা থমজরমগে তৌবনি। ঙসিদি ঐ খর ঙন্না য়ুম চৎচগে তৌবা।

মেনেজর—করিনো নংবু ভারা পিখিবা কুইত্রিবদাইনে। চংলকউ ফম্মু। ঙাইখো ইবেম্মা, থা কয়াদি শুরে নংনা ঐখোয়গী হোটেল মাঙ্গোলদা পোৎকম ফমলিবা অসে ?

কৈনা— থা মাপল্লোম শুরক্লে ঐজ্ঞা।

মেনেজর—চহী অসিমা ফারবদি নংস্থ মফম অমা য়েংবা তায়। ভারাসে নোংম নোংমগী হেনগৎলকলি। ঐখোয়স্থ ভারা পুবা ৱারে। খঙলেদনা বাজার দর—অত্থবু অঙকপনি, ভারা হেনগৎচগে হায়হনা লাকপনা কোঙাইনি। নংস্থ খরা হেনগৎপা ঙমবরা য়েংউ। অত্থ ওইরগদি খন্নসি।

কৈনা— ঐজ্ঞা, ঐস্থ তোক্কে খল্লবনি। পোৎফম ফম্বা অসে ঐস্থ হৈনিংলক্করে। ঐস্থ ঐগী খুলদা হনগে খল্লে।

মেনেজর—হুঃ তোকউ হায়বা নত্তেদা নংবু, তৌবতবু হায়বনি। উরেদনা নংস্থ, হোটেলসে মী লাকপদি হেনগৎলি হায়ববু অতাংবা পোৎ লৈহনা চানরক্করে। হায়বতবু হায়বনি,

নংবু চৎলু হায়বা নত্তে। নংনা ঐখোয়গী হোটেল মাঙ্গোলদা পোৎফম ফম্বা অসে ঐখোয়গীদি পোৎশিং য়াম্না হেনগৎলিপোৎনি। অস্থুবু করিগীনো ঐবু থিবদি? চা থকখিসিদনা—তোম্বা, তোম্বা!

কৈনা— হায়বিরুম্মু ঐজ্ঞা, ঐ চা থকচদে। শেনফম অমত্তা শেংদোক-চকরমগে হায়দনা লাকচবনি।

মেনেজর—[ হোটেললোমদা ] য়ারেহৈ পুরক্ত্রস্থ। আ···করিগী শেলনো, নংদি নোংমতা ঐখোয়গীদা চা কপ অমা ফাওবা লেম্না থকখিত্রি, করিগী পৈশানোনে?

কৈনা— ঐজ্ঞা, নহাল লাইয়েকপা তাদহুনা তোল্লী হায়বা শেল অস্থু কয়ানো—মানা হায়রম্মী।

মেনেজর—লাইয়েকপা হায়বদি?

কৈনা— ঐজ্ঞাগী হোটেলদা হেক হেক চাক চাবা লাকপা পাখং লাইয়েকপদো। মাগী পৈশা খজিক্তা থমজরমগে তৌবনি।

মেনেজর—ওঃ আঙওবদো। ঙায়খো, অমুক্তা য়েংখিগে খাতাদা। মহৌশাদি অমুক্তা শেল তোন্দবনি। হন্দক্তি কুইরে শেন পীদবা, কৈদৌরবনো খঙদে। ইশুক শুকথনা উই। মতৌহুদা মুংশিদবস্থ ঙমদেদো। ঐগী হোটেল অসি মাগী লাইয়েকফমনি—আদা ময়াই কাদা থেৎলিবা অচৌবা লাই অসি মানা য়েকপনি। করি নিংশিংলকপনো খঙদে, নোংমদি থেৎলু হায়হুনা ঐঙোন্দা পীরম্বনি। মমল মুংমলগা করিমত্তা লৌবা নত্তে ···ওঃ সিদা লৈরে, লুপা ২৩ গা পৈশা ৭২ নি! নঙোন্দা পীরম্বরা?

কৈনা— নত্তে···অং পীরম্মী। কয়ানি হায়বা! অচোইবা থরা য়াঙরে। ব্রারৌবিগম্মু ঐজ্ঞা। অমুক্তা চুম্বা থিবিয়ু। [ শেল পীবা ] মঙোন্দদি হায়বিরুম্মুকো।

মেনেজর—মানা পীরম্মী হায়বদায়নে।

কৈনা— অত্থবুরা, ঐনা ঙমলোই, থনলমগন্থু, নশা চত্তুনা পীজৌ হায়বা অত্থননি। ঐ মাগা অত্থম তৌনজগে, মাগী শেল খর ত্তোল্লি।

মেনেজর—অত্থ রসিদকাদি কনাগী মিংদা! হৌজিক্তি ককপা ঙমখিরোই। রসিদবুক আদা লৈহৌরে।

কৈনা— য়ানি ঐজ্ঞা কোম্না তৌরবস্থু। হোরেন ঙহাক লৈরগা লাক্লবস্থু লাকচগে—মাগী মমিংদা অত্থম ককপিয়ু····শুব্রা অমুক্তা য়েংবিয়ু শেনদো।

মেনেজর—হে, থীব্রবস্থু য়াইদা—[ মপান্দা ব্লা ব্লা লাঙনরকপা ] এঃ করিনো লাঙনরিবা অসিবু···করিনো ইবুং অমুক্তা য়েংলুখিগে। [ মেনেজর থোকখিবা, কৈনাতোম্বী ঙক্লা য়েংত্থনা লৈহৌবা। ঙহাক লৈরগা মী খরনা গৌতমবু শমত্থনা পুরকপা ]

মেনেজর—অসোমদা অসোমদা—ঐগা পোত্থাফম কা অসিদা হেক্তা পুশিনবিরকউ। থোইনা শোকপা নত্তেদা। ঙহাক পোত্থারগা হেক্তা ফনি। ইস, ঐগী কুইরবা কষ্টমর নিনে। য়াম্না শোকপা নত্তেদা—থেংলম্বা ঙইরমাল্লে। ঙাইহাক পোত্থরগা হোসপিটাল দা পুবা হায়বত্থনি। য়ারনি য়ারনি ময়াম লেঙবা। ইবেম্মা তাদগী ইত্তেং খরা পাংলোসে। মুংশা থিরুন্থ কৈস্থ ত্তোদেদা, য়াম্না শোকপা নত্তেদা—সে, নং ঙহাক্তুং শঙলম্মু, ঐ চাক শং চাথোকলুখিগে অত্থগা ফত্ত ফত্রগা হোসপিটাল দা পুবা হায়বত্থনি। ঙহাক্তা লৈরম্মু, ঐ শঙ্গোমক থারক্কে।

[ কৈনাতোম্বীনা পীরকপা শেল অদো খোমজিন্দুনা পুখিবা। গৌতমনা আরাম চৌকিদা মীং উইশিন্দুনা পোংথাই। কৈনাতোম্বীনা লেপ্তুনা লৈ। ঙহাক লৈরগা গৌতমনা মমীং পাংথোক্লকপা ]

কৈনা— তাদা।

গৌতম—ইন্দু !……কনানো ? ওঃ নংলা। নংদি কনানা হায়রুনা তায় ? অদুবুদি নংগী কোম্বোংদা তারবদি খুনগংপা হৌনৈদা।

কৈনা— তাদা য়াম্নদি শোক্কেকো ? করম্বা অঙাওবা মাইথকপনা তৌরিবনো, লাইম ফত্তেদা।

গৌতম—অঙাওবা মাইথকপা নত্তে। মোল্প্রং থৌশাদবগী দোষনি। করি……করি হায়রে নংগী নমীংদো হেক্তা কাউই।

কৈনা— কৈনাতোম্বী।

গৌতম—কৈনাতোম্বী, ঙক্ত্রা ? শোকফম ইলৈ লৈত্রগুমলদনা ঐনা শক উৎনিংত্রবা মপা অসিমক্তদা শোকলৈ। মসিবু বিধিগী করি মওংগী ফাগীনো ? অদুগা পানা মতপ অমগী মরুপ নংনা ঐবু খুনগংতুনা লাইকন্নরি। মসিম্মু অঙকপনি। এঃ ঐ নোংমতা হংগে হংগে তৌবা অদুবু হেক্তা কাউই। নংনা ঐঙোন্দা হোটেলদগী থোরকপা খুদিংগী পানা মতপ অমমম পিজে। পৈশা কয়াদি শুরে ? ঐদি মতম খরা শিংখিরোই, পীবা ঙমলোইদৌরি।

কৈনা— অদুবু ঐনা নোংমতা শিংঙু থোখ্রবরা ?

গৌতম—মদু য়াদে, ঐ মীগী থৌজাল পামদে।

[ তোম্বা শঙ্গোম গ্লাস অমা পুত্নুনা চংঙ্কই ]

তোম্বা— মেনেজরনা শঙ্গোম পীরকই, কদাইদা থম্মুগে ?

[ কৈনাতোম্বীনা শঙ্গোম লৌত্নুনা গৌতমদা পীবা ]

গৌতম—মুপামচা, মেনেজরদা ঐনা য়াম্না মুঙাইজরে হায়রকই

হায়না তম্মু। অহুগা মসিস্থ ঐগী বিলদা হাপচিল্লু হায়য়ু।

তোম্বা— অং। ( থোকখিবা )

গৌতম—খঙলবরা কৈনাতোম্বী,· ঐ য়াম্না থুনা ইনাক খুল্লনি। ঐনা য়েকপা লাই মঙাখক Delhi দা Exhibition গী হায়বদি উৎপা থাখে্র। কনাগুম্বা অপাম্বা অমনা লৌজখিনি শোয়দনা লৌখিনি, অহুদগীদি ঐ ৱাররোই···।

কৈনা— তাদা নংগী লাইশিংহুদি কয়াদি শিংকনি। অহুগনে নংনা নোংমা ঐঙোন্দা উৎলম্বা কংথরকপা পুখি্রদা থম্বাল লৈমন চনবা অমতং শাৎপা লাই অহুদি ঐঙোন্দা পিয়ুকো। মহুমদি য়োম্হোক লাকথোকখিন্নুকো

মমল কয়া কয়াদি হায়খি নংনা নংগী লাইদো—কয়া কয়াদি শিংকনি ?

গৌতম—ঐগী লাইগী মমল ঐ খঙদে। ঐ পোৎকী মমল লেপ্পা হৈতে। আর্ট ক্রিটিক্ শিংনা···আর্ট ক্রিটিক্ হায়বদি···।

কৈনা— হন্দোকত্রবস্থ য়াগনি তাদ, নংনা হায়রগা লোইরে। ঐনা করি খঙগনি।

গৌতম—অং, আর্ট ক্রিটিক্ শিংনা মমল শোনগনি, মমল লেপকনি। খঙলবরা কৈনাতোম্বী, হন্দক্না ইহান হান্না মপালদা ঐগী লাইবু মফম পীবিবনি। অহুগা নংদি খঙলোয় কৈনা, ঐগুম্বা অঙাওবসে মপালদদি য়াম্না লৈ; থরায়বু তারবদি মরাইনা লৈজখিনি।

কৈনা— শোইদনা শিংকনি তাদা, শিংপা ওইসন্থু।

গৌতম—অহুগাঐগী লাইদি মমল থিবা চৎপা নত্তে, মফম থিবা চৎপনি। মসিমদি নং খঙউ।

কৈনা— মরাইনা পামজনি, তাদনা য়েকপদি মরাইনা পামজনি। তাদা নং অসে ঐঙোন্দদি মিত্রংনি। ঙসিকাউবা ঐহাক

নংবু খঙবা ঙমদে। নংনা ঙাঙবস্থ্ ঐদি অয়াম্বা মতমদা খঙবা ঙমদে, খঙস্থ খঙনিংদে। অহুবুনে ঐস্থ খঙই, নংদি ময়ামগা মান্নদে অহুগা য়োৎচাবিগুম মীবু চিংশিল্লি। মসিনা করিগীনো তাদা।

গৌতম—[নোক্কুনা] মহু নং য়াম্না খঙনিঙলগা নোংমা তাকপিগে।

কৈনা— ঐবু পোকপা ইপাদো য়োৎ শুই। ঐনা পিক্লিঙৈদা য়োৎচাবী অমা পী, মহু ঐনা পাইহুনা শান্নে—ঐনা কয়া ঙকখ্রে, য়োৎচাবীহুদা য়োৎ মচেৎনা চেনশিন চেনশিন নপ্পদো. অহুবু তাদা য়োৎচাবীদি মমল য়াম্বা ধাতুতবু চিংশিল্লি—ঐগুম্বা মমল লৈতবা কাউশিংবুদি করিগী চিংশিল্লি।

গৌতম—কনানা হায়রিবা নংবু মমল লৈতে। কৈনাতোম্বী, রা অমা হংগে, নংবু করম্বা ইচাউদা তাউথরকপা কাউশিং মরক্তা য়াউবা মেলৈ চরোংনো? নংনা অসিদা পানা য়োল্লিবা অসিনা করিগী?

কৈনা— [ হুংশামপী হোন্দুনা ] নংনা হংবা অস্থুন্না কনামত্তা হংখিদে —অহুবু ঐ ইশাদি ইতৎ তত্তনা হংজৈ। তাদা, ঐনা নংবু হেক উবদগী য়াম্না হুংশিজৈ। নংদি ময়ামগা মান্নদে। করিদা খেন্নরিবা অহুস্থ ঐ খঙদে। নংনা হৌজিক হংখিবা রাদো অতৈনস্থ হংই, হংদবা নত্তে—অহুবু মখোয়না হংবদি তাবদা খোইদৌ শাউগৎলি, খুদক্তা শিনিংই। মখোয়না হংবদি মমল তিরুবদোনা হংই॥

গৌতম—অহুগা ঐনা হংবদি?

কৈনা— নংনা হংবদি ঙক্কুনা হংবা মাল্লি। ঙসিদি তাদা, ওস্থোক ওস্থোকপা রা য়াম্না নিঙশিঙলকখ্রেদা। ঐখোইগী লমদো লবুক্না ইশং শংইদো। অশংবা চীংমাইগা অশংবা

নোংদোলগা শম্নবোই নিংই। য়াম্না ফজে ঐগী ইপামলমদো! উয়ুং মচানা কুংনা য়েনিং চোংইবা, কংফাল মেলৈনা চীংমায় থম্না শাৎপা মতম নিঙশিঙকই ঙসিদি। তাদা, নোংমা ঐস্মু মী অমবু মুংশিরুই। মাগী মতুং ইন্দুনা কারকই—নখোইগী মিৎথমফম খঙদবা সহর অসিদা। অদুবু মাদি মাংখি……ঐনা অদুম থিবা খঙদে। নংনা হাইগুম্নদনা, কাউশিংদি হঙ্গৎনা তাউবা ঙমদে…ইচেল তুংইন্না তাউথখিবস্মু য়াই অদুগা, ঐদি, অকংবা উরাদা পন্দুনা হিংলি। ঐনা নংবু হান্না কৈদৌনা থেংনদে। তাদা, নং ঈশিং ইচাউ উরবরা? কাউশিং ময়াম ময়াম তাউথরকপদো।

গৌতম—হুম! অঙকপনি। নংনা ঐবু মিহৌহল্লি। হৌজিকমক নংগী নতুং ইন্দুনা নংগী লমহুদা চৎনিংই। অদুবু কৈনাতোম্বী, ঐখোয়দি কাউশিং মরক্তা থম্বাল শাৎপস্মু থেংনৈ। তোকলসি, রারৌম্নু ঐ লাল্লে। ঐনা কদাইদগা নংবু ওস্থোক ওস্থোকপা রা ঙাক্তা নিঙশিঙহল্লে। ওঃ রা অমগা, নংগী লাই অদু লোইদ্রি। নোংমা য়ুমদা লৈরম্মু, ঐ পুরক্কে।

কৈনা— নং ঐগী য়ুম খঙগদরা?

গৌতম—খঙগনি, নংনা নোংমা নয়ুমদগী থোরকপা উখি—ঐ খঙগনি —ঐ নোংমা লাক্কে, ঙসিদি ঐ চৎলগে। [ হৌগৎপা ]

কৈনা— তাদা, ফরবরা? চৎপা য়ারগদরা?

গৌতম—উম, ফরে। [ থোকখিবা ]

## "অহুমশুবা উৎপা"

## ( অহাংবা লৈকোন )

### "মুমীৎয়ুংবা মতম"

[ ছাত্র অনিগা গৌতমগা লাইয়েক্লবা ক্যানভাস, ক্যানভাস-ষ্টাণ্ড নচিংবা পুহ্লনা লাকই ]

১বা ছাত্র—তামো, কয়া লাপ্পা লেঙখিনি। অশ্বাইদা অস্থম ফমলসিরা। য়ারেদা সিদস্থ।

২বা ছাত্র—ঐস্থ হায়বা ঙমদহুনা তৌরবনি। অসিদা অস্থম ফম্লগা হেক্তা য়েক্লসিদা।

গৌতম— কৈ, অসিদা হিথাংফম ওইরসিরা। পোৎ-চৈ থম্মো।

[ পোৎ-চৈ থম্বা ]

গৌতম— নখোয়না খঙদহুনা তৌরবনিনে, মফম অসি ঐদি ইত্তৎ তত্তনা লাকই। অহুননি হৈনরবা ঐগী খোঙনা মতোমতা মফম অসিদা লাকলিবা।

১বা ছাত্র—অওইবা তামো, অসিদা লৈরেদনা স্কেচ্ তৌবগী চপচাবা মফমদি। আদগী উরিবসে চৈরাউ চীংগী চীংশাং নত্রা, নোংস্থ চুরিমাল্লে, মুংশা মঙালদা নোংগী মরি চেম্থরকপস্থ উরি। অরাপ্পদা কারিবা মৈখু অসি উবিবরা তামো, অস্থম অস্থম মুৎথখরে।

গৌতম—উই, য়েকউ, ঙমবরা য়েংউ। [ অনিশুবা ছাত্রদা ] হৈ, নং নত্তরা ইশৈ হৈ হায়বদো। ইশৈ অমত্তং শকউ, তাসি।

২বা ছাত্র—শোরোক ময়াদবু তামো, মীনা অঙাওবনি হায়রোইদরা?

গৌতম—হায়রোই, শকউ। শক্তা শকউ। য়েংউ য়েংউ, আদা উচেক অমা উশাদা ভোংহুনা খোংলিসে, অসিস্থ শোরোক ময়াদনি, কনানস্থ কৈস্থ হায়দে। শকউ শকউ।

১বা ছাত্র—শকও, শকও। তারসি।

[ ১ বা ছাত্র থর লাপ্পা ফমহুনা স্কেচ্ তৌবগী থৌরাং তৌবা ]

২বা ছাত্র—অহুদি শকচরে।

ইশৈ—

থেংথিবদাই নংনা নোংমা শমজিদা
সনা মুচগী লৈহাউ লৈরেন
নতুং ইনখি তুমিন তুমিন নংগী
খোইমু অমা লোন্না লোন্না ॥

হায়হৌই ঐনা ৱাহৈ কয়া
মীকুপ থুদিং চহিচুপ্পা
চিক্লবা মুংথিল কয়া ঐনা
খনখি নংবু নিঙশিং নিঙশিং ॥

নংগী শমলাং লৈচিল লক্কা
মুনা য়েংই লৈরাংনা ঐবু
মাইথীরবা মুংশি মৈচাক
চাকহৌরে ঐদি অহোইননা ॥

[ গৌতমনা অসুম ইশৈ তারম্বদগী হৌগৎতুনা ইশৈ ঙংলকই। ]

ইশৈ—

## 'একলা বসে হেরো তোমার ছবি'

ফমহুনা নদোম, য়েংজৌ, নঙগী শকতম য়েক্লে ঙসি বসন্ত মচুনা।
শমজিরৈদা খোইহি মিহৌজনা খোইমু অমা ঙংলারিনে ঙংলি চিরোল তৌনা॥
মাঙলোমদা লৈঙোই তোর্ব্বান পক্লা কংল তুরেল চেল্লি ঈচেল তপ্পা,
ৱাপল মরুম নংগী ফিজি শহুমদা হৌরক্লি ইপোম॥
লুপ্লে নংগী ইঙল মীৎস্না অনি উরুম লাংলে উমংগী শুমাংদা

কুরাক মপৈ তিনবা মফমহুদা মচু চাইরি মুণ্ডায়বা কুম্মেদা।
ওল্লাং মালংদা লোইরবা লৈরাং লৈহাও লৈরেন
অমমম ওইনা নখোংয়াদা কেন্দুনা তারি তারি হরাওহন্দুনা॥
হিদেনয়াদা নিক্লিবা ঝাউ 'থক্তা তোংলি চেক্লা ইশৈদা তথক্না,
নোংদোম্না চাইথৈ উনা হায়দোক্কুনা নংগী তম্পক্তা সনা খুজোক খুজোক।
উমং লম্বীদা কনা চৎখি তাম্না—বাঁশি তেংথা তুংহন্না কৌবা স্নুরনা
নংবু কোয়না মালংদা লৈনা লৈনা কোয়রিনে কপ্পুনা॥

২বা ছাত্র—তামো, লাইয়েকপা তোকপীরো। ইশৈহুম তৌবিরো, ফাওনি সৈত্য।

গৌতম—ইস! মাঙলেদনা ঐদি। হেলোই অমগী শরৈমকসু থাঙবা রাবদা অমমুক পুজা তৌবা। [১ বা ছাত্রদা] হৈ, নংদি ইশৈকা হৈত্রা? নং অমা তুমিন তুমিন। ঙংবফাউবা হৈতরা?

১বা ছাত্র—তামো, ঐদি করিমত্তা হৈজদে।

গৌতম—লাও হুদি, সিদা চংশিললকউ। য়েংগে, নখুৎতা মীহুল কাদি হুল্লিদনা। [নোকপা]...ঙসিদি লাইয়েকপা তোক্লসি। হৌজিক মুড লৈতবে। ইশৈ অমগা শকখোদনা!

২বা ছাত্র—[ঘড়ি য়েংবা] তামো।

গৌতম—কৈদৌবে, মিয়াৎ শুরবরা?

২বা ছাত্র—লাই য়েক্লোইদবা লৈরবদি লেংলসি। চাক চাবা মতমস্তু ওইরে। ঙসি অস্নুক থেঙগনি খঙদবনিনা:টিফিনসু পুরক্করে।

গৌতম—নখোয় চৎলো, ঐদি রাৎলি। নংদি? নংসু চৎলগেরা?

১বা ছাত্র—ঐগীসু, থবক অমা লৈহৌই। য়ারবদি ঙসিদি তামোসু লেঙলসি।

গৌতম—নখোয় চৎলো, ঐদি য়াৎলিনে। থবক! থবক! নখোয়গী
থবক অসিদা লৈত্রবদি খরা ফনিদা।

১বা ছাত্র—পোৎ ময়ামসিদি কমদৌবা?

গৌতম—ঐনা ইরাইনা পুজনি। নখোয় য়াওব্রবদি ঐবু চৎথোক্ত-
বোই নিংব্রা, চৎলো ঐনা থোকপা তৌজগে।

১বা ছাত্র—অদুদা নুঙাইতেদনা তামোদা লৈহৌবা।

গৌতম—কনানা হায়রিবা ঐবু ইতোমতনি। ঐদি লাই খরা
য়েকহৌখিনি, হৌজিক চৎপা য়াদ্রি। ঐনা রাশকখিবা লৈ।

২বা ছাত্র—অদুদি ঐখোয় চৎচরগেকো। রারৌবিনু তামো।
কৈদৌঙৈ অমুক লাকচৌ হায়বগে?

গৌতম—লাক্লিংবা মতমদা।

[ ছাত্র অনি খোকাখ। গৌতম ইশৈ ঙংদুনা লৈহৌই।
থংহৌদনা লম্বীদা ইন্দু চৎপা উরকই ]

গৌতম—ইন্দু! ইন্দু! [ চেনখিবা ]

[ ঙহাক লৈরগা ইন্দুবু চিংদুনা পুবকই ]

গৌতম—ঙায়খো সে, ঙহাক্তা ঙায়খোসে।

ইন্দু— প্লাজ গৌতম। ঙাউশিননুমি। হৌজিক ঐ থবক অমা
লৈয়ে, মতম লৈত্রে।

গৌতম— ঙহাক্তা ফমখো লাউসে। করিগীনো নংনা ঐবু উনা উনা
উশিন্নদ্রিবা?

ইন্দু— [ নোকপা ] উইএ, অদুবু থবক লৈরিসিদি···।

গৌতম— ইস, থবক···থবক! অসিদি থবক নত্রা? নঙনা ঐগী
নাক্তা ফম্বসিদি থবক নত্রা? নঙোন্দা নত্রবসু ঐঙোন্দদি
অচৌবা থবকনি। [ ইন্দুদা য়েংদুনা ইশৈ সকলকই ]

ইশৈ ঃ—

শমজিরৈদা খোইহি মীহৌজবা

খোইমু অমা ঙংলরিনে—ঙংলি চিরোল তৌনা !
ফমহুনা নদোম য়েংজৌ নংগী শকুম
য়েক্লে ঙসি বসন্ত মচুনা ॥

ইন্দু— সে গৌতম, তোকলোসে, মীনা অঙাউবা ওইরবোই নিংলনি। মসি পাব্লিক প্লেসনি। নং অসি ওস্থোক্লা নাতৈ চাদেদকো !

গৌতম—ঐখোয়দি পাব্লিক নত্রা ? হায়জসন্থু। ইন্দু, করিগীনো নংনা অমুক অমুক হেক হেক ঐঙোন্দগী লাপ্না চেনগ্রীবসে ? চৎখিগদবা লৈরবদি স্থরগী লিপুন হান্না খদংলম্মু।

ইন্দু— করিনো নংনা ঙসি তৌরিসিবো ? ড্রামাদোনগা তৌরিসিবু।

গৌতম—"Your laughter is a song whose words are drowned in the clamour of tunes, a rapture of the odour of flowers unseen ; it is like the moon light breaking through the window of your lips when the moon is hiding in your heart. I ask for no reason, I forget the cause ! I only know that your laughter is the tumult of your insurgent life."

ইন্দু— গৌতম, তোক্লো ওক্লেসে। নংগী ক্যানভাস লোইরত্রা ? ঙসাইমখৈ ঙাউহুনতা লৈরবরা ? নং ঐঙোন্দা নোংমদা লাই অমা য়েকপা লোইগনি হায়না ব্রাশকপদাই। One man show তৌনি হায়বা কাউরবরা ?

গৌতম—কাউদে, নং ঙহাক্তা ফম্মু—ঐ মিনিট মঙাদা লোইখোক্কে। সে, মীৎ উইশিল্লুনে। নংনা নমীৎ পাংথোকপদা লোইরমগে। অমতা হায়য়ে, নংনবু ইনাক্তা ফম্লবদি—I will draw a thousand pictures on my eternal canvas.

ইন্দু—গৌতম, ঐ ঙসিদি চৎলগে, হোরেন লাক্কে অহুগা নংগী ইশৈ তারগে। শাউহু ঐ থবক লৈহুনা ভৌবনি। লাই অমা লোইবা ঙমত্রা য়েংউ। এক্সিবিশন তৌদবা শুকয়া য়াদে।

গৌতম—নং হোয়েল লাক্তি লাক্কনিকো।

ইন্দু— [ মঙক হায়হুনা লাক্কনি হায়বা ]

গৌতম—লাক্তবদি ঐনা লাক্তুনা নখোয়গা কোম্বোংদা ইশৈ লাওনা লাওনা শক্লনি।

ইন্দু— হোয়নে হোয়নে।

[ ইন্দু চৎখিবা, মানা চৎখিবা মাইকৈদা গৌতম্না য়েংহুনা লৈহৌবা। খঙহৌদন ইন্স্পায়ার ওইরবা মীশুম্না ড্রইং ষ্ট্যাণ্ড পানখৎহুনা লাই য়েকপা। ওহাক লৈরগা কৈনাতোম্বী চংলকপা ]

কৈনা— তাদা, নথন্না কৈদৌরিবা ?

গৌতম—[ হন্না য়েংহুনা ] হৈ নংদি কদাইদগী ?

[ লাই অমুক য়েকখি ]

কৈনা— করিনো য়েক্লিবহুবো ?

গৌতম— পংয়েক য়েকপনিদা। লোইরগা খংগনি। [ নোকপা ] নংগুম্বা লম্বী চৎপা মী ওকহনগে তৌবনি, ফম্মু।

কৈনা— ঐ ফম্নরোই। পানা য়াওরি চাগেরা ?

গৌতম— কদাই। [ পানা পীবা ]

কৈনা— তাদা, মুঙায়জরিনিদকো, অহাংবা মফম অসিদা নতোমতা ফমহুনা মচু শঙহুনা শাগ্গরিবদো। নংনা তৌবা অসিম্মু ঐদিনে পংফত ফজে নংনা মচু তৈবদো ঐদি য়েংবা ওম্বোক্লা মুঙায়খে। নংগীন খুৎনা হাইবদো রা ঙাঙলিবোই নিংই—কুচুফাওবা পাল্লবোই নিংই···। ঐদিনে পুন্সি-চুপ্পা নংনা লাইয়েকপা মনাক্তা ফমহুনা লেনবা ওমগনিদো।

গৌতম—[ নোক্তুনা ] সাবাস কৈনাতোম্বী। ঐনা নহাল হায়ব্রা ? নংদি কাউশিং মরক্তা শাৎপা থম্বালনি—অহুবু ঙসিদি খঙলে, নংদি চরাংপাক্তা শাৎপী সনাগী থম্বালনি।

কৈনা— তাদা, ঐদি নংগী পুন্সি অসি ওম্থোক্লা পামজে। নংগী পুন্সি অসিগা ওন্নবা য়াগনি হায়রবদি ঐ হৌজিকমক শিবা ঙমগনি।

গৌতম—অদুবু ইন্দুনদি ঐগী পুন্সি অসি পামদে হায়।

কৈনা— ইন্দু হায়বাদি কনানো তাদা? নহালস্থু নং নারিঙৈদা মাগী মমিং পনখি। কনানো মাবু?

গৌতম—লৈ অমখক।

কৈনা— নংগী কনানিনা?

গৌতম—কনাস্থু নত্তেদা।

কৈনা— অদুদি করিগী মানা নংবু পামত্রিবা?

গৌতম—[খঙনা য়েংখৎলগা—খজিক্তং নোকপা] মসিগী রাসি তোল্লসি। নংবু কদাই চৎলিবনো?

কৈনা— ঙসাই হায়বদুনি তাদা। য়ুমদা চাকচাবা হনবনি। ঐস্থু ঙসি নংগা উনবা য়াই হায়না মনিংই। ঙসি নোংমা নিনিসে নং কদাইদা চাক চাই, হোটেলদস্থু লাক্তে। ঐনা মেনেজারদা হংবদস্থু লাক্তে হায়। ঐদিনে নংগী পানা খাক্তুনা থম্মীদো, অদুগা নংদি শুলাকস্থু লাক্তে। অওইবা য়েংউ নংনা পানা চাখিদবা মুমীত্তো ঐগী পোৎশিং ফাউবা রাংলি।

গৌতম—কৈনাতোম্বী, নংবু ঐ য়েক্কে, লেঙগনু।

কৈনা— করম্না, অস্থুম হায়নরা?

গৌতম—নমাইদো সোমদা...[চংশিন্দুনা মমাই শেম্বিব, অমুক হন্দোক্তনা ফম্মী অমস্থং লাই য়েকই]...কৈনা, ঐদি নহানমখৈ খঙদে নংদি য়াম্না ফজেনা। Vangough খোই

উরম্লবদি ভাওগনি, নংসু ফাউগনি।—ইহে, চেপনা লৈয়্, ঙহাক্তনি-কুইরোই।...চৎলগেরা, থেঙলবরা ?

কৈনা— য়ানি তাদা লোইথোকখো। ঐ ভাইগে। নংনা য়েক্লিংবা মথৈ য়েকউ, ঐ লৈখিগে। ঐ করিমত্তা রাদে। ....ঐগী লাইসিদি নং কৈদৌননি, নয়ুমদা থেৎকদরা ? অমদি ঐঙোন্দা পীয়ুকো। ঐ য়ুমদা মিংশেল চল্লগা থেৎকে।

গৌতম—[ লাই য়েকপা তোক্তুনা ] নং চাক চাবা চৎপনি হায়বদায়, চৎলো য়াবে।

কৈনা— ঐ চাক লামদে। য়েকখো-ও, ঐ রাদেয়ে।

গৌতম—ঙসিদি তোক্লসি, থেঙলে। ঐগী লাই অসি লোইদব য়াদে। ঐ নোংমা নংগী য়ুমদা লাকে; নং লৈরম্মু। মসিদি স্কেচ নি, নংনা লৌবদা মুভাইরোই। ঐ লাই ওইনা য়েকথোকপিগে।

কৈনা— অদুদি কৈদৌঙৈ লাক্কনি ?

গৌতম—লাক্কেনে নোংমা হেক্তা। নং চৎলো ঙসিদি।

কৈনা— নহানশু নং লাক্কনি হায়রগা হেক্তা লাক্তে। হংচিৎ লাকউকো।

[ বৈনাতোম্বী চৎখিবা। গৌতম লাই য়েক্তুনা লৈহৌবা। ]

—০—

## —মরিশুবা উৎপা—

[ ইন্দুগীয়ুম। মুমিদাংবরই। ইন্দুগী মামা চৌকি অমদাফমদুনা লৈরম্বী। মাইথোংদা চিন্তা অমমুৎ ভাইঙমদবগী থুদম। হৌগৎতুনা অমুক হন্জৎ হন্দা চৎলি। কনাগুম্বা অমা লাকপা উদুনা থুনা চৌকিদা ফম্লগা থবর পাই। ইন্দু চংলকই। থবক চৎথোক্লবগী ফিজোল। কা অদু ইমম মম্না উদুনা মৈ অমা থাঙ্গৎলি। কা অদু ভাললকই ]

ইন্দু— [ নোক্তুনা ] মামো, অমম্বদা খবর পাবা উরিবরা ?

মামা— ও ইন্দু, কদায় চৎলুরিবা অস্মুক থেংলবফাওবা ?

ইন্দু— মামো, খরা থেংদোকখ্রে। গৌতমগা থবক অমা চৎমিন্নরুবনি। য়ারব্রা থাংমৈসে, অমগা থাংগৎখোরা ?

মামা— য়ারনি।

[ ইন্দু চংখিগে তৌবা ]

মামা— ইন্দু, ঙায়খো ব্রা অমা ঙাঙনখিসি।

ইন্দু— য়াম্না লুবা ব্রা নত্রবদি হোরেন চাক চাবা মতমদা ঙাঙনরসিবা। ঐ পরীক্ষাগী চে ময়াম অমা য়েংদৌবা রাংলি—কয়া অথুবা নত্রবদি ঐ চংখ্রগে।

মামা— হৌজিক হেক্তা লোইখোক্লসি, নংগীদু কোম্না তৌ।

ইন্দু— হন্দক্কী হেড মিষ্ট্রেস অসিদি মীচাবীনি। করিমত্তবু হায়দোক হায়জিন য়াদেনে। কনানবু অস্মুক ট্রিক্ট্ ওইবা হেড মিষ্ট্রেস্ লৈরম্লোই অওইবা। মশাদা করিমত্তা সিমপেথি লৈতে।

মামা— নখোই ময়ামদা সিমপেথি উৎতুনা লৈরবদি কদাইদগী থবক চৎথবা ঙমগনি ? ফম্মু, ব্রা হায়গে।

[ ইন্দু মনক্তা চংবা, মায়খোংদা মুংশাথীবগী থুদম ]

ইন্দু— মামো ঐ থবক অসি তোক্লগেদো।

মামা— ঐদি নংবু থবক তৌ হায়খিদেনা। নংনা পাম্মী হায়তুনা তৌবনি—অদুবু নিয়ম খাঙবা হৈনদ্রবদি তোকপা তারেদনা।

ইন্দু— অওইবা ঐ থা ৩৪ লৈরগা তোকলগে। ঐ য়াম্না হৈনরক্লে, নঙনা খঙদুনা তৌবনি—মাগী মখাদা থবক তৌগদবা ওজা মুপী তাঙই।

মামা— তোকলোদনা অহুগা। থা অহুম মরি ভাইব্রবস্থ হৌজিকস্থ হেক্তা তোকপা য়াই…ভাইগদবগী মরমবু লৈতেনে।

ইন্দু— হৌজিক্তি য়াদ্রি, ঐ শেল খরা চিল্লি।

মামা— থা অহুম মরিসিদা নং কয়াম তানগদৌরিবা ?

ইন্দু— য়ামলোই, অহু ওইরবস্থ। মামো, ব্লারি কোন্না শারশি ; ঐ থবক লোইথোকলুখিগে…ইস য়ামখেদ্রকো চে ময়ামসে, লোইববু ভমগদ্রা ?

মামা— ঐ পাংবিগেনে নংগী চেদো। ব্রা ভাঙনখিসি।

ইন্দু— অওইবা মামো, পাংবিগেরা ? নং অসি ওহ্মোকনা ফখেদ্রকো। অহুদি করি ব্রানো হায়রো। ঐ ব্রাই শংনা তাবা য়ারে।

মামা— নং গৌতমগা কদাইদা চৎলুরিবা ?

ইন্দু— মাগী রঙকা থর লৈমিন্নবা চৎলুবনি।

মামা— মাবু মতোমতা পোৎ লৈবা হৈত্রা ? নংবু অমুক চেন্নরিবদি করিগী ?

ইন্দু— মামো, মাদি মতোমতা করিমত্তা তৌবা হৈতে—অহুনবু ব্রারিবনি। মামো, নং মাগী অনৌবা মাষ্টার পিচ উরবরা ? ইস, ওহ্মোক্লা ফজখে—মসিমদি শোয়দনা ফাওগনি—মঙোদা ঐ হায়গে নোংমা পুহল্লককে।

মামা—ঐ চৎতুনা য়েংলুবস্থ য়াইদা। ( শকফম হঞ্জিন্দুনা )—ইন্দু !

ইন্দু—করি হায়গে ?

মামা—গৌতম হৌজিক করি তৌরি ?

ইন্দু—করি তৌরি হায়দি, লাই য়েক্লিসিদি।

মামা—মহু নত্তে। মহাক হিংনববগী করি তৌরি…থবক অমা তৌনি হায়না তাখি অহুনা কমদৌখ্রবা ? ভৌবা হৌরবরা ?

ইন্দু— মচু তোকখরে, য়ানখিদরে।

মামা— কনানা য়াদ্রিবা। লৌবিদ্রবরাও?

ইন্দু— নত্তে মামো। গৌতমনা য়াদবনি। মখোইদি লৌগে হায়, মানা ইণ্টরভিউ য়াউ হায়বা য়াদরে।

মামা— করিগীনো য়ানিংদ্রিবদি।

ইন্দু— মচু ঐ চপচাবা খঙদে। থবক তৌবা অসি মা কয়া পাদমাল্লে।

মামা— মানা পাম্লিবদি করি? মীঙোন্দা ডিপেণ্ড তৌবা অসিরা?

ইন্দু— [ তপ্না ] এক্সিবিশন অমা তৌগে নিংমাল্লে…মসি লোইদনদি থবক কয়া তৌনিংদমাল্লে—ঙমস্থ ঙমলোই; মাদি নোংমদা ক্যানভাস অমা লোইনবা হোৎনরি। মসিস্থ য়াম্না চাউবা থবকনি।

মামা— মাগী এক্সিবশন অসিগী এক্সপেনস্ নখোই খঙলব্রা? শেল য়াওদনা ইলায় লায়না তৌবা য়াদবনি। লক্ষা অফবা আর্টিসটস্থ ওইসন্থ, খুসিল চুমদ্রবদি করিমত্তা কান্নবা ফংলোই—মফমস্থ খনগদবনি। তৌনিংই হায়দনা মফম অমদা হেক তৌবা য়াদে—করিমত্তা কান্নরোই।

ইন্দু— মাদি কান্নবা কান্নদবা থোইনা থিদে। উৎনিংহুনা তৌবনি।

মামা— কান্নবা পামদ্রবদি করিগী এক্সিবিশন উৎনিংলিবা?

ইন্দু— মামো, মাদি করিমত্তা য়াদবনি। অয়াম্বা…ঐনা…

মামা— ফরেনে, নংনবু ইনশিল্লবস্থ অমনবু ইনশিল্লবস্থ মসিগী প্র্যাকটিক্যাল সাইড নখোই খন্নরবরা? নংনা খরা হায়বিবা য়াদ্রা—মাগা অস্থক তোয়না উন্নববু ঙাঙনদরা?

ইন্দু— মাগী ছাত্রশিংনস্থ পাংবিগনী—ঐস্থ লৈরি।

মামা— অহুগীরা থা ৩।৪ শেন তানখিনি হায়রিবসে। নঙনা তৌবা দান মা লৌ হায়বা য়ারবরা?

ইন্দু— দান নত্তে, ঐনা চুম্না পাংগে তৌবনি।

মামা— ও! নঙনা চুম্না পাংগে তৌবদা মানা চুম্না লৌগদৌরিবনিনে …ইডিয়ট, মসি ফাওবদি মহাক তৌরোইদবনি। নঙনা হুনবা অসিননিদম্না মানা থবক তৌ হায়বা য়াদ্রিবসে… হুঁ! নংবু শুহল্লগা মা হিংগে সিনিনে। ইন্দু, নঙ মাগীদা চৎপা য়াদ্রে তোকলো। ঐখোয় খ্বায়গী খরা য়েঙু নংগী য়েংদ্রবস্থু। নঙনা করিগীনো মাগীদা হেক হেক মতম চাদনা চৎলিবা! নংবু অঙাঙলা? মাদি কৈদৌনা লাক্কে?—শঙদে, আর্টনি হায়বহুরা? দান নত্তে চুম্না পাংবনি…মসিমদি মা শিরফাওবা তৌরোইদবনি।

ইন্দু— মানা নোংমতা ঐঙোন্দগী নিবা নত্তে। ঐনা পীগে নিঙবনি।

মামা— [ অশাউবা থামজিন্দুনা ] ফরে ফরে, তাউ ৱা হায়গে। কুইরবনি নঙোন্দা হায়গে হায়গে নিঙবা। নঙ গৌতমগা য়েংশিন্নবা অসি খরা থাদোকউ। নঙনা হন্দোকপা তাবনি। ঐস্থু মাবু মুংশিদবা নত্তে, ঐনি মঙোন্দগী জেনিঅস্ অসি ইহান হান্না খঙলকপা থাজৌ, ঐ মাগা ওয়েল উইসারনি। নঙনা খঙলমদবস্থু য়াই, ঐহাক্কি— মাবু আর্ট স্কুলদা থানবা মন্না ওইনা হোৎনখিবা অহুবু নংগীদি ঐ খনদবা ঙমদে। ঐ য়াম্না মুন্না খঙই, মাগা নঙগা পীকলিঙৈদগী লোয়নরকপগী ৱারি। মহু চৎথগে অসিনিনে নখোইনা খল্লিবা! মহু মতাং হেনখ্রে—মহু য়াদ্রে। হৌজিক নখোয় মীগা মিৎয়েংদা পাখং-লৈশাবীনি। অহুগী মথক্তা নখোয় মীনি, নশাবু নমথাক তৌবা ঙমলোই। ঐ খঙই নংনা মাবু…আ…আ অ্যাডমায়ার তৌই অহুবু গৌতম অর্টিষ্টনি। মা নঙোন্দা

লৌইনা পীবা ভমলোয়। অদুগা নংদি আর্টিষ্ট নত্তে। মসিমদি নঙ কাউরোইদবনি, নংনা 'লাপথোকহৌবনা চুমগনি।

ইন্দু— মামো—ঐগী পুনসি মরাং কাইদবা য়াই অদুবু মাগা য়েন্নবদি ভমগনি।

মামা— [নোক্লুনা] মদু য়াম্না ফজবা সাহিত্যগী রানি অদুবু পুনসিদি মদু য়াদে। নঙগী সাহিত্য মাঙখিনি। নখোয় খুদি থিজ্রি, খুদি থিবা মুমীত্তা খঙলকনি মীওইবগী হকচাংসে লুনা তোংনা শাবনি—ঈস্মু থোকপনি।

ইন্দু— মামো—

মামা— তাখো—নঙগী নমা ঐগী ইচলদো ঐগী য়ুমসিদা শিখিবনি। নঙবু পিকনা হুনদোকলম্মী। মুমীৎতুদগী নঙ, নপাগী ময়ুম মশক খঙজ্রি। ইন্দু, নঙগী নমাদো য়াম্মা মুঙায়তনা শিখি। মাস্মু তুঙ-মাঙ য়েংদনা ঐখোয় পুম্মমক্না খাম্বা য়াদনা চোংশল্লুবনি অদুবু মাইথীদুনা হন্দোরকই। মাগী রারিসি নঙগী পুনসিদা ঐ অমুক হন্না থোকহল্লিংদে। নঙ ঐবু লান্না লৌগনু।

ইন্দু— অদুদি, ঐ কৈদৌনি, নঙ হায়ু ঐ কৈদৌনি?

মামা— থৌনা, থৌনাদি খিত্তং ফবা তাই। মসিদগী হন্দোরকপা অসে অরায়বা নত্তে খঙই অদুবু বি প্রাক্‌টিক্যাল, ইন্দু, নঙ ঐগী রাসি তানংলমলোই খঙই অদুবু ঐ রা অমা হংগে—নংগা গৌভমগা করি লেপ্পরে? হোয়াট হ্যাভ ইউ ডিসাইডেড? কৈস্মু লেপ্পদে? অদুদি করিগী? তোকলো, অস্মুম হায়না চৎথবা শুকয়া য়ারোই। নঙগা মাগা নৌনা খঙনরকপা পাখং লৈশাবী ওইরমলবদি ঐস্মু মী খ্বায়না হায়নবদৌনা—ভাইখো, য়েংখো, নবুক লেপ্পা ভমব্রা য়েঙ—

হায়রমগনি। অদুবু নখোইগীসিদি মদু নত্তে। অস্থুম শাংথখিনি অদুগা লোইশিনফমদি খঙদবা! নখোয় নশানফাউবা। খঙজদে করিনো নখোইনা তৌগদবা। তোক্লসি, ওক্লে, নঙ অমুক খল্লুরূম্মু। নংগী পুনসিগী মওং অমা তানবা ঐ শেমগে খল্লে।

ইন্দু— মামো, অতোপ্পা পুনসি অমা ঐ হৈনদৌ মান্দে। ঐ হৈনররোয় মামো, ঐ হৈনররোয়।

মামা— হৈনররোয়! করিনিনা নংনা হৈনরিবদি—মানা অস্থুম অরাংবদা কাবা, নঙনা অস্থুম লুপথবা অসিরা? ইন্দু, জগৎতা থাংমৈ মখোং দরকার ওই খঙই—অদুবু নঙদুমক্তি ওইহল্লিংদেদনা। নঙ গৌতমবু থাদোকউ। মানা করিগু নঙবু পুনবা লৈতে, নঙতনা মেৎশিনজবনি।

ইন্দু— [ কপকে তৌবা ] ঐ কৈদৌনি খঙদে, ঐ খঙদে।

মামা— ফরেনে, করেনে। য়াম্না লাইবা রা অমা হায়রগে। নঙ মঙোন্দা হংউ, মা কারি পাম্বগে হেক্তা হংউ। য়াদে চনৈনবদি।

ইন্দু— মদু ঐ ঙম্লোই।

মামা— অদু ওইরগা ঐনা হংবা তারে। ফৈ ঐ নোংমা উনগে।

ইন্দু— মামো, নঙ মঙোন্দা করিমত্তা হায়রুম্মু।

মামা— [ রানা মুংশামপী হোন্দুনা ] ইন্দু, ঐনা লানবা অমম্ম লৈখরে। ঐ হৌজিক্তা নিঙমঙ্গক্তরে, নংবু ঐনা মতম চানা পাউতাক পিহৌদরে। এনকারেজ বু খরা তৌখ্রবরা হায়না চিংনরে। ঐ শোয়খ্রে।......নঙগী নমা লৈতভৈদগী ঐনা নঙগী নমা নপা ওইরকই অদুবু নমাগী শরুক্তি ঐ পীবা ঙমহৌত্রমাল্লে। অদুগা অসিমদি খঙউ, নমাগী পুনসিদো ঐ নঙোন্দা অমুক য়েংনিংদে। থাজো,

ঐ গৌতমবু য়েংথিবা নওে। ঐস্থ মাবু মুংশি অহু ওইরবস্থ নওনদি হেল্লি। নওবু খামবা তাবনি। নং লুহোংবা তায়। নওগীস্থ নরমাল লাইফ অমা লৈফম থোকই। ঐ য়াম্না খল্লগা হায়রিবনি।

[ ইন্দু কপপা ]

……ফৈ, ঐ মতম পীগে। নওনা তৌবদা ঐ অমুক্তা থিংলক্তি নত্রা? অহুবু নংনা মৈ পায়দনা শাম্নরবস্থ, ঐনা অস্থুম তুমিম্না য়েংহুনা লৈগদরা? ফৈ, ঐ ভায়খিগে, নও হুংঙু মঙোন্দা। নওগা মাগনবু লেপলবা, চৎখো উইথ অল মাই ব্লেসিং—অহুবু ঐ কি ইন্দু ঐ ব্রাদবা ভমদে।…… ও নও চে য়েংনি হায়বদায়? লাকও ভহাক শংলিভৈদা পাংবিরগে লাকও চংলসি।

[ চংমিম্নখিবা ]

—×—

# "মঙাঙবা উৎপা"

## "গৌতমগী কা"

( মুংথিল পুং ২ রোম তাবা মতম )

[ গৌতমনা ইন্দুগী পোরট্রেইট য়েকপা লোইহ্রনা মথুং হাম্মী । মাম চংঙকই । ]

মামা— এক্সিবিশনদি হৌজিকনা হৌরেদনা গৌতম।

গৌতম— মামো লেংশিনবিরকউ। ফম্বিয়ু।

মামা— ভাইখো, কোম্না ফমনি। নংগী পেইন্টিং শিংঅসি হাম্না য়েংখিগে……উম, অসিনিদনা, আর্টিষ্ট ওইরবদি নশাবু ময়ামদা খঙহনগদবনি। নংগী ওয়ার্কস ময়ামদা উৎকদবনি। ওঃ মসিনা কংলা! ভেরী গুড্ অসিগুম্বা অরিবা পোৎশিং অসি য়েক্তুনা থমহৌবা য়াম্মা কৈ।……এ, ইন্দুগী পরট্রেট অমস্যু য়েকপিরেদনা……ফরে ফরে। গৌতম, ঐস্যু নোংমতা লাক্কে ভৌবনি। নং এক্সিবিশন ভৌনি হায়বা ইন্দুনা হায়হ্রনা ঐ তায়। ঙসিদি থওইনা মতম কাইহ্রনা য়েংবা লাকলবনি। লাউ সিদা, ব্রা ভাঙনসি। ……এক্সহিবিসন দি কৈদৌঙে ?

গৌতম— থৌরাং অয়াম্বদি লোইশিল্লক্লে। কলার স্কেস মচা খরা মাউন্ট ভৌদবা ব্রাৎলা অহ্নগা দিল্লীদা লাই খরা এক্সিবিশন গী চৎখি। মসিবু হল্লক্লবদি হেক্তা ভৌজরনি।

মামা— য়াম্মা কৈ য়াম্মা কৈ। নংবুদি ইন্দুনবু হেন্না হরাউখ্রেনে। ঐবু নংগী লাই য়েংলুদে হায়হ্রনা মহাক্না শাউবনা মহানি। ……বার্ত্তোনকাদি খর ভৌনিদনা ?

গৌতম—নকশিল্লক্লগা ভৌরবস্থ ভৌজগে।

মামা— বার্স্তোন তৌদবা য়াদে গৌতম! অহুগা মামদি আর্টিষ্ট মাক্ত নওে অহুবু অ্যাডভাইস অমদি পীগে। বার্স্তোন তৌবা মতমদা মীশক খল্লা তৌ। মতিক চাদবা ভাবোকতা উৎলুরবদি হয়েং ফৈরেং তুরেং হায়রকলগা খোইদৌ শাউগত্তুনা তোকনি। ইনভিটেশন থারমদাইদা ঐঙোন্দা থওহল্লকউ। ঐগী মরুপ আর্ট মশক খওবা খর লৈ—মখোই অহু চিংথবা য়াদে। হয়েং নকশিললক্লবা মতমদা ঐঙোন্দগী মমিংগী লিসট্ লৌ।

গৌতম— ফনি মামো লৌজগে।

মামা— গৌতম নংদি খওলমদবা য়াই—নংনা পিকলিঙৈদা ঐখোয়দা শান্নবা লাকপদা মৈতাম্না লাই য়েক্তুনা শান্নে। মতম অহুদা মপালদগী লাকপা ঐগী মরুপ অমনা হায়খি—অঙাং,অ সি মাঙহন্দবনা ফত্রা? ঐনি, নংগী অহল লল্লুনবু নংনা আর্ট স্কুল চৎপদা য়াহন্নবা হোৎনাখবা। ঐ মুঙাইরে, ঐনা নোংমা আশা ভৌখিবদো ঐ হৌজিক উদোরে। অহুগা গৌতম, খরদি রাব তাই, খরদি সাফার তৌবা তাই। ঐখোই খ্বায়না মুঙাইবনি খল্লিবা পুনসিদগী আর্টিষ্ট কী পুনসিনা খরা তোঙানবদি মশানা তাবনি। ফৈ, কল্লা হোৎনৌ, করিমত্তা চীংনগন্থ। অহু নংগী এক্সিবিশন অসি খরা য়ৈশিনবকাদি য়াররোইদ্রা? কয়ামুক খুদোং চাররোই?

গৌতম—করি য়াদনি, মপালদগী লাইশিংহুনবু থুনা হল্লক্লবদি থুজিনবস্থ য়াবা য়াই।

মামা— ওঃ অহুনদি অরেপ্পা হায়বদি য়াদ্রেনে। ইস! খরা য়ৈশিনহন্নিংবনিদা, ইন্দুস্থ নংগী এক্সিবিশন অসিগী নোঙ্মা

ণিকপা য়াউজবা ঙমনবা। মানা চৎত্রিঙৈসিদা থোক-
হন্নিংবনি।

গৌতম—ইন্দুবু কদায় চৎকদৌরিবগে?

মামা— ওঃ ঐ কাউরুরে—মসিগী রা অসি ঐ নঙোন্দা তমত্রিমাল্লে। গৌতম, মামগী খ্বায়দগী অরাবা অমা লৈ। নংসু খঙলিবহুনি, ইন্দু মরাইবক থিবা অঙাংনি। মাগী মমা লৈতে, মযুম লৈতে—মা মাগী শাগৈ নাতৈ মশক খঙদে। মাবু ঐনা মুংশিবা অসি য়েন্নখ্রনি মতাগুম ইশ্বরনসু ঐগী ইচা পীদে। মহুগীদমক্তি মামগী মুঙাইতবা করিশু লৈতে —অহুবু ঐনা রাবদি ইন্দুবু মফমচানা থনম্বা ঙমলোইত্রা অসিতনি। হৌজিক মহুগী পোৎলুম অহু কোকলত্রা নিংলে। ইন্দুবু ঐ থাজখ্রে। মাগী লুহোংবা অসি হন্দক্কী পঞ্চমী অসুরাইদা ওইরবা য়াই। ফৈনেকো।

গৌতম—ফৈ মামো, য়াম্না ফবা রানি।

মামা— অহু নখোয় খ্বায়না ইতেং পাংগদবনি অহু নত্রবদি অসুক চাউবা থবক অসি ঐ ইতোমতা করম্না পাংথোক্কনি।... গৌতম, ইন্দু মরাইবক থিবা অঙাংনি, মসিমদি নখোয় খ্বায়না নিঙশিঙহুনা মাবু মুংশিবিয়ুকো—নঙগা তানগদবা রা অমনা,—ইন্দু অসি মামনা য়োকপদা খরা শোয়খ্রে। মা খরা কেথোকখ্রে ঐনা হায়বদা ইন্দবা অঙাংদি নত্তে। অহুবু ঐনা কিবদি ঐনা লুনা তৌমনখিবনা মা পুনসিদা অরা অনং থাঙবা ঙমলোইত্রা হায়বা অসিনি। মাবু কৌরগা নঙ এডভাইস খরা তৌ—মামবু নিংবা কায়হনগনু হায়ু। মাদি পিশক পিক্লিঙৈদগী নংগী নতুংতা ইন্দুনা লাকপনি —নংনা হায়বদি মা শোইদনা লৌগনি। অহুনদি এক্সিবিশন অসি মাগী লুহোংবগী মমাংদদি নত্রেনে?

গৌতম—মহুদি নংদৌ মাম্রে।

মামা— ইস, মুঙাইতেদা। ফরে থৌরাং লোইশিল্লো। ঐখোয় খ্বায়সু লৈরিদনা। ফরে মামসু হল্লগে·· নোংবু চুদৌরিমাল্লেনে।

গৌতম—ফনি।

মামা— ওঃ রা অমগা। নং ঐগী রা অমা ঙাকপা ঙমগদ্রা?

গৌতম—তাকপিয়ু।

মামা— গৌতম, ঐ ইন্দুগীতা মাম নওে, নংগীসুনি। নং ঐবু অতোপ্পা অমা ওইনা লৌগনু। করিগুম্বা এক্সিবিশন অসিগী এক্স্‌পেনস রাংলবদি নং ঐঙোন্দা হায়বা ইকাইগনু। ঐবুসু হেলপ থরা তৌহল্লু।

গৌতম—হৌজিকমক্তি লৈজদে। দরকার লৈরবদি হায়জনি।

মামা— অহুগা ইন্দু চংখ্রবদি মতম করম্বা লেনগনি ঐ থনবদা মন্মী। মতম অহুদদি ঐ নংগা ষ্টুডিওদা খর তোয়না লাকপা তায়—ঐ খঙদে গৌতম, ইন্দু চংখ্রগা ঐনা তৌদৌসে—হল্লগে ঙসিদি, নোংমা অমুক লাকে।

গৌতম—ফনি লেঙবিরো।

[ মাম চংখি। গৌতম রাখন্দা লুপতুনা ফমুংদা ফম্মী। ঙহাক লৈরগা ইন্দু নোং কম্থোক কম্থোক্লা। চংঙকই। গৌতমনা উরকই। ]

গৌতম—ইচোং চোংনা কদোমদগী? ঙহাক ঙাইরগা লাকপা য়াদ্রা, লাকলবসু চোংতনবা তৌবা য়াদ্রা?

ইন্দু— চোংসম্মু, মহু ঐগী ইথৌনি।

[ শাউনা চৌকিদা ফম্মী। ]

গৌতম—হাইমা, হায়া শাউহুনা লাক্লিসিবু কৈনোনহে মসিবু! সে, নং স্কুল দগী ডাইরেক্ট লাকপা মাল্লি। কৈনো অমা

পিথক্কে। চা পিথক্কে হায়ববু নংনা খঙলিবত্থমঙাই ঐদি চাখুম লিংদে। অওইবা ইন্দু, ঐ ষ্টোভ অমা লৈবা তারে, নং খর খর লোনবিরোলাও। ঙসিদি কৈনোমা পিথক-অগেদা। ফম্মু শেম্বিরকখিগে।

ইন্দু— থকনিংদে শেম্বিরককম্মু।

গৌতম—[ হৈ মহী শেম্মা শেম্মা ] হেরা, থক্কা থকউবা। [ পীদ্ধুনা ] সেঃ থকউসে। পাইরোনে। শাউবা খর নেম্বরা ময়েংসি।

ইন্দু— [ গৌতমগী মথুং লাক্তুনা ইষ্টোকপা ] তৌরকম্মুসে ঐ থকওই, থকনিংদে।

গৌতম—ইন্দু তাইবংপানসিদা ঐ অসি লৈরমত্রবদি নং কনাদা শাউগনি—ঐ খনবদা মম্মী।

ইন্দু— শাউফম লৈত্তুনা কোক অসি মুংদা শুগাইদুনা শিজবা হায়বত্থনি……অত্থবু করিগীনো, করিগীনো, নংনা ঐবু থিবনি হায়দুনা স্কুল দা হেক হেক লাক্লিবা? চাক্লিবদৌনা নংনা মচি ময়াদা লেপ্তুনা লৈবা অত্থ ঐবু মুঙাইদৌবোই নিংত্রা?

গৌতম—ও, অত্থগীরা ছুটি হুরান্দুনা খৎনবা হৌবা লাক্লিবা?

ইন্দু— অত্থবু করিগীনো হায়বা, কৈদৌবগীনো ঐবু থিবা লাক্লিবা। ইকাইত্রা? হংগে হায়রগা য়ুমদা হংলবা য়াদরা?

গৌতম—হাইমা, নং হংবা লাকপবু ঐনা কনাবু ইকাইদৌরিবা?

ইন্দু— মত্থগী নত্তেনে গৌতম, নঙনা অত্থম্মা লেপতুনা লৈবা অত্থ উবা ঐবু মুঙাইদবোয় নিংত্রা?

গৌতম—হাই অঙাউবী, লেপত্রবদি কমদৌনি, ঐদি নংবু হংবা লাকপনি। করিনো নংনা হায়রিবসিবু ঐ ভাব তাবা ঙমদে। নংগা উনবা লাকপগা ঐনা লেপ্লগা করি মরি লৈনৈ। অত্থ উরবদি কোক থোরকপা য়াত্রা? নঙবু

ভিসিটর গা অমত্তা উনবা য়াত্রা ?

ইন্দু— [ নোক্তুনা ] গৌতম, নংগী নফমদা মাইথীবতা ওইরো হায়না ঐগোন্দা তমখ্রমাল্লে—নং ওসিফাউবা নশাবু মশক খঙত্রি। খঙগদৌবস্ মান্দে।

গৌতম—ঙাইখোনে, নঙনা হায়রিবসিবু ঐবু নার্সিসন্স্ তৌনা ইমি য়েংছনা শিয়ু হায়রবারা ? অসিমদি খঙলবরামশাবু মুংশেল থাছনা য়েংছনতা লৈবা মীদি মীনা উবিদে—মশাতনা মশাবু উজে। করিগীনো নংনা অছক য়াম্মা মমল লায়বা রাখল খল্লিবা ? নংনা ঐবু য়াম্না মুন্না খঙই হায়না চাউথোকচরিবা অছ লাল্লি—তৌগনু। খঙলবরা অপংবী —ঐনা করি পাম্মী—অক ফত্তী রাংমদস্ করিগুম্বা অমা লৈরম্বা য়াই। আই ওয়ান্ট টু গো বিয়ণ্ড ছাট্ গুড্ এণ্ড্

ইন্দু— [ কপ্লিংবগী খেম্বোক্তা ] গৌতম। ঐনা নংবু খংমন্দুনা তৌবনি। মসিনা ঐগোন্দা অরাবা অমা ওইরে। করিনো ঐনা তৌগদবা খঙদে, ঐ মফম খঙদে।

গৌতম—অছগুম্বা সুরদা রা ঙাঙগনু, ইন্দু, তাবা হৈনদে। নংনা ঐবু শাউছনা থীনা থীনা হায়বা অছনা ঐগোন্দা কাম্নবা হেল্লি। অনাবনা থকপা হিদাক অসে অয়াম্বনা হাউত্তে—অছবু হকচাংদদি কায়ে। পাজল হাপ্পী পুনসি শাংহল্লি। নঙবু নিঙশিঙবতদা—ঐগী পাজল হাপ্পী। নোংমা নংনা হায়খি —ঐনা নংবু নিঙশিঙবা শঙদে—ঐনা নোকখি—নঙদি খঙদে। কৈদৌরে, কপ্লিবরা—কনাগীদমক—কদাই, ঐগীদমক !

ইন্দু— গৌতম, নংমা অমুক্তং মীদোনা হিংহৌবা উরগা শিরবস্ মুঙায়গনি......ঐনা......

গৌতম—ভং, ঐদি মী নওরা? কবম্না হিংববুনো নংনা মীদৌনা হিংবা হায়রিবসিবু! ইন্দু, নং অসে ঐদি য়াম্মা শিংবোই নিংলুই অদুবু মরক মরক্তা পিকখ্রবা অঙাংদৌনা য়াম্না অপঙবা ৱা হেক হেক হায়রকই। নঙনা নিংলি, ঐদি অকেন থাগী অকংবা উনানি. মুংশিংনা ছুম্বা মায়কৈদা পুই—

ইন্দু— নত্তে, নংবু ঐনা অদুম হায়না থক লৌদে……নংদি……।

গৌতম—ভাইখো. ভাইখো, ঐবু ঙাঙহল্লু। ঐগীস্তু লীপুন লৈতবা নত্তে, লৈ। হেলোইনা মী পুই হায়বা তাববরা? হেলোইনা মী পুই। মোইবুং খোংহুনা মীনা থিনৈ। ময়াম্না মাগীদমক য়াম্না ৱানৈ—অদুবু মাদি মুঙায়রবা তাইবংপান অমদা লৈ—মীনদি খঙবিদে।

ইন্দু— তোক্লসি, মসিগী ৱাসি তোক্লসি।

গৌতম—প্লীজ্ ইন্দু ঐবু ঙাঙহল্লুনে। অস্তুক কুইবা অসে নংনা ঐবুতা ৱারক্লুনা লাক্লী ঐ নঙোন্দা নীংঙাই থরা তৌ গে… ও কৈদৌঙৈনো নংগী লুহোংবা হায়বাদো? য়েম্নিং থাদা বসন্ত পঞ্চমীদা। ফরে, নঙোন্দা ৱা অমদি হায়রমগেহে। ঐগী হেলোইগী লৈবাকসে ঐদি য়াম্না মুঙাইজে, নংতনা ৱাবিবনি। ঐদি ৱাদে। অদুবু ঐগীস্তু অরাবা অমদি লৈ। নঙ খঙলমদবা য়াই। ঐগী ঙমখৈ অসি নত্তে। মসিদগী হেনবা অমা পাম্মী। পামলিবা অসি করিনো—পোৎশকলা, মফমলা, মচুরা ঐ হেক হেক খঙলক্তে। নিঙশিঙবরা? নংনা পিকলিঙৈদা নোংমা নংগা ঐগা শান্নমিন্নৈ……মুমীৎনা ভাঙ্রাবা নোংজাবী মরক্তা হাইথরমদাইগী মুমিদাংৱাইনি…… আঃ……করি মচুনো, নোংগী করি মভোগী কুম্মৈনো।

হৌজিকস্তু মীত্তা শং শং উরি। নংনা হান্না উরকই—নংনা হায়খি—তু আদগা নোংজাবী অসি ঐদি চানিংই। ঐনা হায়—ঐদি মসিগা ইয়াইদা চোংথত্না লুপ্পিংই। নংনা ওক্তনা হায়—হাইমা নোং মরক্তবু লুপ্পা য়াই হায়ব্রা? ঐনা থুম্মী—নোংজাবীবু চাবদি য়াবরা? নংদি অত্তম ইওক ওক্তনা ঐঙোন্দা য়েংত্না লৈখি। মতম অত্ত নং পিকলি—কাউরবস্তু য়ারে।

ইন্দু— তোকলো গৌতম—তোকলসি। নংনা অত্তম্না ঙাঙবা অসি ঐ য়াম্না হৈনদে—ঐ কি।

গৌতম— কিন্তু। ঐ করিমত্তা ভৌরোয়। তাখো, মুমীৎ অত্তবু নং শুকনিংমক নিংশিংত্রবরা? ঐঙোন্দদি খ্বাইদগী মমল য়াম্বা মীকুপনি। মুমীৎ অত্তদা ঐনা অঙাং ওইনা পামখিবদো হৌজিকস্তু পামলি—ওসিস্তু ঐনা করিনো অমা থারি—ঐ ফংত্রি। ঐ থিখিনি। ইন্দু, কয়া রাংলি চৎকদবা ঐ থঙদে। করিগুম্বদা নোংমাইজিং রাংমদা লৈরমগদরা খল্লুই—করিগুম্বদা কৌক্রগী মরুমদা থুপল-মগদরা নিঙলুই। অমুকস্তু টিবেট লান্দুনা হিমালয় কাত্না থিনিংলুই। কনানো অমনা হায়—লৈ, লৈ. অসোম রাংমদা অসোম রাংমদা লৈ। অরাবদি অত্তঙৈ ঐখোই অনিনা উমিন্নখিবা অত্তিয়া ঐনা ঐগী কৈদৌঙৈ ওইগনি থঙদে। ইন্দু, নঙদি লুহোংখ্রনি, চৎখ্রনি কনাগুম্বা মীদৌনা হিংবা মুপা অমদা—ঐনা খল্লম্মী, থনবা নওে, থাজবনি—নংদি ঐগী থিবগী খোংচত্তা নংস্তু য়াওগনি, নংনা লমজিংগনি। নিঙশিঙলকই, ঐনা লাই য়েকপা থুদিং নংনা ইতুং ইনখি। ঐনা পংয়েক্তা য়েকই নংবু কাউথোকলুই। নংদি নাপী মথক্তা ভুমত্না

লৈরম্মী। ঐনা নংবু হোদোক্লগা কয়া রানা য়ুমদা পুরকপা।

ইন্দু— গৌতম, তোকলো ঐবু নীংশীংহল্লম্নু। ঐবু চৎখ্রারা?

গৌতম—চৎকদবনী, অহুবু করিগী অমুক থুনা উরিরৈ। অহুদি উরিরৈনা খঙহৌদনা মনম য়েল্লম্লগা কেনখিবদি করি মতৌনো? নত্তেদা নত্তেদা নঙদি কেনগদবা উরিরৈ নত্তেদা …ইন্দু, বসন্ত চংলকয়েকো। উরত্রা মচুগা কুম্মৈ অহুবু হন্দক্কী বসন্ত অসিদি ঐবু করিগী কপহল্লি।

ইন্দু— ঐগী রা অমা তাগেরা? ঐম্নু মঙ মঙবা হৈগনি। চাং য়েংগেরা? ঐবু অমুক্তং চাংঃয়েংউদনা।

গৌতম— ঐ খঙই নঙদি ঐগী লাইরেনবীনী অহুবু…মখোইনদি ঐবু হন্দোকউ হায়নে। মখোইনা ঐবু হম্বনা য়েংহল্লী, ইন্দু, ঐম্নু তু চুংই, নঙোন্দগী লাপথোকনিংই। ঐগী কানভাস ঐগী নঙ কনানা কনানো ঐখংদে। ঐগী ক্যানভাস খুদিংদা নংগী মীহুল চোংলি অহুবু চৎপা তাবনি, নংবু ঐ ফাররোই।

ইন্দু— অহুদি অম্নুক য়াম্বা রা অসি করিগী? গৌতম, ঐ ওমগনি, হৌজিকম্নু মতম লৈ। ঐ হল্লকপা ওমগনি।

গৌতম— মীহৌদবদি নত্তে অহুবু ইচেল লেপখ্রবদি কমদৌনি, ঐ করিনা হিংগনি।

ইন্দু— নংগী অপাম্বা করিনো ঐ খঙইনে গৌতম, করিগীনো নশাবু নমথাক ভৌরিবা?…ঐ ওমগনি, নংনা অমুক্তা হায়য়ু—ঐ লোইনা খাঙবা ওমগনি, নং অমুক্তাদি হায়য়ু।

গৌতম— মহুনি ঐনা রাবম্নু। নংনা লোইনা খংবা লোইনা খাঙবা ওম্বা অসিননি। অহুবু লাপথোকপা তাই—নংবু পুনবা চুমদে—নংবু ঐ অমুক পুল্লরোই।

ইন্দু— ওঃ ঐ খঙলে। য়ারৌহূ। ঐ নংগী নমাংদা ইমোশন খর উৎখে্র। ঐ লোইনা খঙলে। অহুদি অসিদা লে.াইবা তারব্রা গৌতম ?

গৌতম— ঐগীদি লৌইদ্রি। মসিনা ঐসী অহৌবনি। ঐগীদি য়াৎলি চৎকদবা। মসিনা ঐগী খোংচৎকী চেংজেল ওইহৌরগে।

ইন্দু— [ নোক্ক্না ] চেংজেল ওইহৌরগে! ঐগীদি মসিদা লোইরে, মথা তানিঙাই অমুক লৈত্রে।

[ ইন্দু চৎখিবা—গৌতমনা য়েংহুনা লৈহৌবা—অমুক চংশিল্লক্কনা ইন্দুগী পোরট্রেইট তা মুন্না য়েংবা অহুগা তপ্না ফমথখিবা—ঙহাকী তুংদা কৈনাভোম্বী চংলকপা ]

কৈনা— তাদা কৈদৌরী নভোমতা মৈস্থু চুখৎতনা। [ গৌতম খুমলকভে। কৈনা ভোম্বীনা থাংমৈ চুখৎপা )

কৈনা— তাদা—

গৌতম— হুম—

কৈনা— কৈদৌরে, নারব্রা ? ঐদি মুংশা থীরুরে। নারাবোই নীংলুরেদনা।

গৌতম— নাদে, ফম্মু।

কৈনা— ঙরাংদি কৈদৌরবা। নংদি ঙরাং লাকনি হায়রগা লাকস্নু লাক্কে।

গৌতম— হুঁ করি ?

কৈনা— নং ঙরাং অহুম লাকখিদ্রবদি কৈদৌরগে ?

গৌতম— ঐবু ঙরাং নখোয়গীদা লাককে হায়রম্বরা ?

কৈনা— হাইমা কাউরবরা ? ঐবু য়েক্কনি য়ুমদা লৈরম্মু হাই-বহুদি। ঐদি ঙরাং পোৎকম কাউবা ফমদনা নঙবু

ঙাইদো। অহুগা নংদি শুকলাকসু লাক্কে। ঙসি নঙ চৎপা ঙমগদরা? নঙগী য়ুমসে ঐদি ওম্বোক্লা রানা থিহুনা লাকলবনি।

গৌতম— উম।

কৈনা— তাদা, ঙসিদি চৎসি ঐখোইগীদা। ঐগী লাই হাইদো লোইখোকপিরো। ঐ নখোইগী ইম্ফালদা লৈবা অসি হৈনরক্করে। ঐ য়ুমদা চৎলগে।

গৌতম— চৎপা, উম, চৎপা তাই।

কৈনা— কদাইদা চৎকনি হায়বা?

গৌতম— নং কৈদৌঙৈ চৎকনি?

কৈনা— নংনা ঐগী লাই লোইবিবা মুমীত্তা। অহুফাউবদি লৈখিনিয়ে। হৌজিক নংনা চৎকনি হায়বহুবু ঐখোইগীদা নত্রা?

গৌতম— ঐ খংদে, কদায়দনো ঐ খংদে। অশংবা লৌবুক্তা অশংবা অতিয়াগা তাম্না শম্নখিবা লমদো। উয়ুঙ মচানা কুংনা য়েন্নিং চোংলিবা। কংফাল মেলৈনা চীংমায় থম্না শাৎপা মফম। নাপুগী ইথক! হঙ্গাম-মপালগী লৌবুক্তা নাপুগী ইথক—দ্যাট্ গোল্ডেন ওয়েভ্স য়্যাণ্ড এমারল্ড গ্রীন······ মহুম্সু নত্তে, রাংলি—ঐগী ঙমখৈগী রাংমদনি···আঃ অহুঙৈগী নোংজাবীগী কুম্মৈদো—হুম—চৎপা তাই।

কৈনা— তাদা অওইবা ঐখোইগা খুলদো ওম্বোক্লা ফ্রজখ্রে। নংদি করম হায়না খঙই?

গৌতম— ঐ খঙই। কৈনা তোম্বী, নংনা ঐবু মরাঙ হোইহল্লি। ঐগী খোংচৎপু অমুক শাংদোকহল্লি। নংগী নতুং ইন্দুনা হৌজিকমক চৎনিংই।

কৈনা— তাদা, লাই ময়ামসে নংনা য়েকপা ঙাক্তরা? ফজৈদকো

কয়া ওকথ্রবানো অসে। অদগী ফজবী অসিনা কনানো ?
ইন্দু হায়বীহুরা ?

গৌতম— [ খংনা ] নং ইন্দু মশক খঙব্রা ?

কৈনা— খঙদে, অসিবু ইন্দুরা ?

গৌতম— [ নোক্কুনা ] নওে, নংসু ওইবা য়াই, লোইনা ওইবা য়াই।

কৈনা— হাইমা, ইন্দু হায়বাসদি লাই অসিগী মমীং ওইরে—ঐদি নংনা মমিং হেক হেক পনবহুদা লৈবোই নিংই।

গৌতম— উম ! নং ওসিদি হল্লো ঐ নোংমা লাক্কে।

কৈনা— ওসিদি কৈদৌরবা ?

গৌতম— ওসিদি ঐসু চৎলনি ঐগী চৎপগী মতম ওইরে, নং হল্লো।

কৈনা— কদাইদা চৎকদৌরিবা ?

গৌতম— খঙদে। অহুবু চৎপগী মতম ওইরে।

কৈনা— হাইমা, ঐগী লাইদি। মহুমদি ওসি লোইবিরম্মু তাদা। লাকও চৎসি, ঐখোয়গীদা হান্না চৎসি। নোংমতা ওইববসু নং ঐগীদা লাকলম্মু।

গৌতম— হুঁ চৎপা তাই।—চৎসি।

কৈনা— চৎসিনে—কদাই নংগী পোৎতু ঐ পুবিগে—
[ পোৎ লৌবা ] লাকও চৎসি।
[ কৈনাতোম্বী চৎখি ]
[ গৌতমনা পেন্টিং ময়াম মথং মথং য়েংবা ]
[ কৈনাতোম্বী অমুক চংওকই ]

কৈনা— লাকও তাদ চৎসি, চৎলসি লাকও।
[ গৌতমনা কৈনা তোম্বীদা মুন্না অমুক্কং য়েংওকই অহুদগী থুনা মাং থানা চৎখ্রে। কৈনাতোম্বীনা অমুক ইন্নখ্রে। ]

# "ওাইখো, হিংমিন্নখিসি"

( রেডিও ড্রামা )

মিশক তাকপা—

মহেন্দ্র—কনাওম্ব। লাইরিক হৈবা নূপা অমা।

নন্দিনী—মহেন্দ্রগী নূপী।

মেমী—নন্দিনীগী মনাওনূপী।

লাল—নন্দিনীগী মৌপুরা থোকপা পাখং অমা মহেন্দ্রগী মমা।

# 'অহানবা উৎপা'

( মহেন্দ্রগী য়ুম। ফমফম কা। ফিরোল ভূবগী মখোল।
অয়ুক পুং ৯ লোমগী মতম মহেন্দ্র চংলকপা )

মহেন্দ্র— ইস কৈদৌরেসিদি? ফমফম কা অসিদি ব্লার্ক সোপ ওল্লেনা।

নন্দিনী— য়েঙোই অয়ুক্কী মুংশা মঙান্দা গুলাপশিংসে ফজত্রা? অমুক ফজবা রোজ ঐ থেংনদ্রি। গুলাপ অসিগী মসিং করিনো খঙলবরা? ইভিনিং সনসেট।

মহেন্দ্র— মোর্নিং গ্লোরিকাদি হায়ত্রদনা অহুবু নংগী লৈ অসি মুংশো য়ৈরবদি কয়া কুইনা তেথৎতুনা লৈগনি। মফস চাত্রে হোংদোক্লসি।

নন্দিনী— অহুদি মুংশো মঙালনা য়ৈররোই। ফজবদি মঙাল য়ৈরগা হেল্লী। মঙাল ফংদবা মফমদবু লৈ থমগদরা?

মহেন্দ্র— ফজরবস্মু কুইত্রবদি করি কায়গনি।

নন্দিনী— কুইত্রবস্মু মপুং ফানা ফজজম্বনা ফৎত্রা? কদাইদা থাগে হায়রিবা নংগী টেবল অসে।

মহেন্দ্র— (টেবল থাংবা) সে ঐ তৌগে……অসিদা কাচিনসিদা… তো মজম চারেদনা। মিহুৎথোং মপাদা পোৎ থম্বা হৌনদে। অসিদা থম্নবদি মফমস্মু চ রে টেবল লেম্প অমা থম্বস্মু য়ারে।

নন্দিনী— অহুগা ঐগী লৈদি?

মহেন্দ্র— নংগী লৈনা অসিদা ( ফ্লাওয়ার ভ্যাস্ থম্বগী মখোল )

নন্দিনী— য়াদে য়াদে মহুদদি মচুগী মগুণ মাঙগনি তো য়েংউ মচু

ওল্লিসে—কৈ ভৌজী নংনা থল্লিংবা মকমদা থমজো ঐগী করি ইথো লৈ।

মহেন্দ্র— আয় তান্নবা য়াত্রাও ?

নন্দিনী—কদাইদা তান্নরিবা ? করম্বা মতমদা তান্নখে্র।

মহেন্দ্র— নন্দিনী মহুদি হায়মুকো।

নন্দিনী—( শাউনা ) করিগীনো অস্নুক য়াম্না খৎনবা হৌরিসিবো নোংমতা ঐনা তৌনিংবা মত্তংদা তৌবা নখোইগী ইমুংশিদা য়াত্রা ? অহুবুদি ঐগী য়ুমলা........

মহেন্দ্র— ইহে, হেক্তা শাউই নহৈ। খৎনবা হৌরিসিবু কনাননো নংনরা ? ঐনরা ?

নন্দিনী—নখোইনা।

মহেন্দ্র—নখোয় হায়বদি ঐ নত্তবা থরম্নু য়াউরিনে ? নংসি শাউগনখে্র। হন্দক মরক অসি নং য়াম্না শাউগনবা অমা তৌইকো।

নন্দিনী—হন্দক মরক অসি নখোইদি করি তৌই ? ময়াম চংহুনা খৎনবা হৌরিসিবু করিগীনো। য়েঙ্গাং শেমগে তৌই থনম্মো থনম্মো নখ্যুৎ মোৎকনি মহায়। অমা তৌগে তৌই পোৎথারুরো রাররিনি। করিগীনো ?

মহেন্দ্র— কনানা হায়রিবা ঐদি নৎতেকো।

নন্দিনী—করেম্নমু। করিগীনো নখোইনা, ঐবু অস্নুক তাথিরিবসিবো। ( মুংশা শোর হোন্দুনা ) অহুবুদি করিবু কান্নবগে........

মহেন্দ্র— চরোদা, কদাইদগী রা ময়ামনো। সে সে ইবেম্মা নংনা থোকপা তৌরো ঐ ভাণ্ডররোই। সে হান্নগী মকমদা থাংজিনবিরগেসে ......সে বার্ত্তন....

নন্দিনী—কনাগীনো ?

মহেন্দ্র— বীরেনগী মচা পোকলে স্বষ্টি পুজাগিনি

নন্দিনী—ও····( সোম্থাংননা )

মহেন্দ্র— চৎলোইগ্রা ?

নন্দিনী—চৎলোই।

মহেন্দ্র— করিনো ঙহাকস্নু মচৎলুসিদনা নংবুস্নু পুরকউ হায়বনি।

নন্দিনী—ঐ চৎনিংদে হকচাং ঙমদে।

মহেন্দ্র— ( নোক্তুনা ) ঙসাই খৎনবদদি কল্লিদা।

নন্দিনী—( তপ্না ) নুপারা ?   নুপীরা ?

মহেন্দ্র— বার্ত্তোনদো হৌজিকফাউবা পাত্রিবরাহ ?   নুপানি।

নন্দিনী— ( পূক্লিং চংদনা ) উম্।

মহেন্দ্র— নন্দিনী ঙসিদি ওফিস খরা ঙন্না চৎকে·······এ নখোই মেমীখোই লাকএহৈ রারি শাহৌরো ঐ চৎলে।

নন্দিনী—চাক চাদনা চৎলদরা ?

মহেন্দ্র— অস্নুক য়াম্না নকপা অসিবু হল্লকলগা চারগে (থোকখিবা)

( মেমী লাল চংলকপা )

লাল— হলো নন্দিনী·······ইস করিনো চাইরিবা ময়ামসিদি চৈরাওবগীরা ? অহুবু ইছুক শুকনা উইদা কৈদৌরে কনাগা খৎনরে। নখোইগী ইবাই মহেন্দ্রস্নু য়াম্না শুকথনা থেংনরম্মীদা।

নন্দিনী—কনানা হায়রিবা ?

মেমী— ইস্, ইচে নংনবু ফিলিংস লোৎপা হৈবরা। সে, ( মেগাজিন লংবগী মখোল ) সে নংগী লাইরিক হায়বদো অহুগা অমহুদি থিবা ফংদ্রে।

নন্দিনী—অমহুনিনে পামলিবদি ঐখোইগী পাজিগীনি হোরেন হংবনা মহা ওইরদৌবনি।

মেম্বী— খওদে কদায়দা চৎখবনো অমুক য়েংলকখিগে……আঃ গুলাপসিদে। নখোইদা শাৎপ্রা ?

নন্দিনী—নওে ইমানা গুসাই অয়ুক থিল্লকপনি।

মেম্বী— ঐনা মনিংইনে ঐখোইগী মাল্লি হায়দনা।

লাল— গুসাইগী পাউদু পীরোদনা মেম্বী।

নন্দিনী—করি পাউনোনে ?

মেম্বী— হায়গে করি পীনি হায়য়ু।

নন্দিনী—করিনো খওদনা হেক্তা প্রোমিজ তৌবা য়াত্রা ?

লাল— তৌজরুণু নন্দিনী নংনা নহাল শিওলম্বা ইনফিদো ঐগী ওইনিকা হায়জরকনি।

নন্দিনী—তোকউ হায়দ্রগা।

মেম্বী— তামচা নং অসিমা মী খৎনহনবা হৈখ্রে ইচেনা ইচে শাউগনবনে। সে হায়রগেসে। নংগী হৌদোংদো মচা মণ্ডা পোকলে। ইমানা গুসাই তমলদরা ? ইস মুংশিবনা লশিং মফোলদু মণ্ডাই হে। ওরাংতা মমিৎ পাংলি। ইচে নং উরবদি মুংশিবনা মহা ওইনি। ঐনা মমিং লোইনা থোল্লে। অমনা অরাং, অরাংবতুনিকো হায়রিসে. অমনা মোইথাপ, অমনা পুমবুম অমনা লৈফোল খ্বাইদগী অপিকপা অতুনা তোন্দোন।

নন্দিনী—ইস ইশু য়ামলেদা ঐদি। সিজ অরাংবীদি কমদৌরি।

মেম্বী— কৈস্থ তৌদে। মমাদি মপালকা থোকখিদ্রে মচাদা কোন্দুনা লৈ।

নন্দিনী—সৈত। ভাইখো ভাইখো নতৈদা পাউপিখিগে (টেলিফোন তৌবা) হেলো ঐনে নন্দিনীনে ……নত্তে……পাউ মুণ্ডাইবা অমা ভাগেয়াও ঐগী সিজ অরাংবীদো মচা মণ্ডা পোকলে সিজ অরাংবী সিজ অরাংবী অং। করি

তৌদনি······য়াম্না চাউনা শোন্নি······সিদা য়াই। থমলগে (নোক্‌না) ইস ভাউশিন্নহু। নতৈনা স্বস্তি শোল্লেইত্রা হংলকইবা।

লাল— নখোই ইবাইসিবো ফাগীকা হৈবরাও ঐদি শাউগনদৌ মানখে্র।

মেমী— শাউগনবদি হায়রুন্নু করিমফাউ শাউদে।

নন্দিনী—মেমী মচু কার করিদি য়াউই? মমা মানবা য়াউব্রা? ঐ হয়েং লাকে······ও হয়েং লাকপা য়াব্রেবু ঐখোই অবোক কদাইদনো চৎকনি হায় য়ুম শঙবিনবা লৈতে।

লাল— নখোইগী ফাডর ইন্ লো শঙহল্লুদনা।

নন্দিনী—কদাইদগীনোদা। ওসাইগী ঐনা হায়বা লাইব্রিক অহু পুরকঅম্মবস্ু ফগদবা। লাইব্রিক পানবা অমা পীত্রবদি য়ুমদা ওহাক্ত লৈপোৎ নত্তে। মুংদাংব্রাইরমদনা হোকি নত্রগা। ফুটবোল য়েংবা অয়ুক্তা ব্রাকিং মুংদাংদনা মীগী য়ুমদা লৈপুং ফম্বা ওহাক্ত শংপোৎ নত্তে। হৌজিক্তা পাখং ওখরকইয়ে ঐখোইগী অহলদি।

লাল— অহুগা নন্দিনী নখোইগী অহলসে ঐদি মুংশিজখে্রবো।

নন্দিনী— য়ুমদদি মন্না চৎপিদেয়ে পেন্সন ফংলবা ওফিসার আভাউ-বনে হায়রিপোৎনি।

লাল— অহু ওইরবস্ু অসিগুম্বা নন্ ইনটরফ্যারিং ওইবা অহল অসি খরা য়াম্না লৈরবদি মুংবু মুঙাইগনি। হি রিয়েলী নোজ হাউ টু গ্রো ওলড গ্রেসফুলী। অওইবা নন্দিনী নখোই অবোক হল্লকদবা কয়া ব্রাৎলি ঐখোয় চৎলগে পাউঅসিতা পিগে চংলকপনি। হোরেনস্ু সিনেমা য়েংবা ভারি। য়েংলুসিদনা, য়াদে হায়হুরাও?

নন্দিনী— করি ফিলম্‌নো?

লাল— স্থইট হোলিডে নোংমতদি নংস্ম হোলিডে ভোবা
য়ারিপোৎনিকো।

নন্দিনী— দরকার লৈতে।

মেমী— চৎলে ইচে। নোংমা লাকউকো।

# 'অনিশুবা উৎপা'

( মহেন্দ্র অমসুং নন্দিনীগী তুমফম কা। মুমিৎতুগী অহিং মহেন্দ্রদি অতুফাউবা ওফিসকী ফাইল শূরী )

নন্দিনী— তারিব্রা ?

মহেন্দ্র— হুঃ

নন্দিনী— ঐনা হায়বদি চেদো ওফিসতা শূবা য়াদ্রা ?

মহেন্দ্র— করিবো ?

নন্দিনী— চেদো চেদো ওফিসতা শূরুরো হায়বা। যুমগী থবকপু লোইহৌদ্রে হায়দনা ওফিসতা কারগা লোইশিনবা য়াব্রা য়ুম অসিবু ওফিসরা ?

মহেন্দ্র— কৈ তোকলগে। শোয়বা য়াদবা থবক ওইদনা তৌবনিদা। নংনদি পাংবিবরা ? মীগী মীনাই হায়বসিদি অসি ঙাক্তনি ইবেম্মা।

নন্দিনী— অদুবু য়ুমদদি নিংথৌনি। ইমাগীদি নিংথৌরেল নিংথৌগীদি শক্তিকলোই তাদ্রিবরাও ?

মহেন্দ্র— ( নোক্তুনা ) অদু ওইরবদি মহারাণীগা রারি শারগে। তোকলগে থেঙসু থেঙলে। অদুদগীদি কমদৌবা ? ফি হাপ্পুরা ইঙবরা ?

নন্দিনী— ইঙদে। থোঙনাওসু লোনশিনগনু ঙহাক লৈরগা থা থোরক্কনি।

মহেন্দ্র— অদু ফাউবা ঙাইথিদ্রাও ? অদুদগী মথং করি ?

নন্দিনী— ( ঙহাক তুমিন লৈবা ) ঐ রা অমা হংগে নং শাউগদ্রা ?

মহেন্দ্র— শাউরোই করি রানো ?

নন্দিনী— ঐখোইগী অঙাং অহু মশক কমদোই ? নূপানি হায়বদাই ফজবরা কনা মাল্লি নং উহৌবরা ?

মহেন্দ্র— কনানা খঙবনোদা নংবু হিংহন্নবা হোৎনবদা য়েংহৌলাক-হৌদে। কদাইদা নিঙশিংলকইবনো অহুক কুইরবা রা অহুবু। তূমহুম তূমলসি থেঙলে নত্রগা থা থোকপা ঙাইখিসিরা।

নন্দিনী— য়েঙোই মাইবা অমনা থৌ তৌখিবদাই অঙাং অহুগুম্বা অহু অমুক হল্লকতনবা। অহুগুম্বা অদো ঐদি য়ানিংদেদো।

মহেন্দ্র— অহুবু নং থাজব্রাও।

নন্দিনী— থাজবা থাজদবগী রা নত্তে। আইডিয়্যা অহুমক পামদে হায়বনি। মাইবা অহুনা থৌ তৌবা মতমদা মমিং অমম্থু থোনখি। কয়া মুংশি মুংশিনা হায়খ্রে। অহুবু ঐদি তুমিন্না কপ্পীদো। ঐনা হায়খি পূক্লিংদা হল্লকখো নং অমুক হল্লকখো। মমিং অদৌ হৌজিকম্থু কাউদ্রি।

মহেন্দ্র— করি মমিং কৌই ?

নন্দিনী— ঐ মহু হৌজিকমক পান্নিংদে। মমিং অদো ঐনা থোনগে নিঙলম্বা অহুদি নত্তে, অহুবু হৌজিকম্থু ঐনা মরক মরক্তা কৌহুনা হায়—নং হল্লকখো অমুক হল্লকখো।

মহেন্দ্র— নন্দিনী মসিগী রাসি তোকলসিবা, মসি কাউখিবনা ফবে ঐস্থু মুঙাইতে।

নন্দিনী— তোকলসি হায়রগা খনবা হেক্তা তোকপা য়াবরাও ?

মহেন্দ্র— অহুবু করি কান্নদগে, লোইখ্রবা রাহুবু নিঙশিংহুনা তেংথারগা, পুন্সি অসি নিঙশিং নিঙশিং তেংথাহুনা লৈর-বদি কদাইদগী হিংবা ঙমগনি। মসিগী রাসি তোকপনা ফরে। মুঙাইবা রা অমা হৌদোরকউ। অহিং নোংশোই মিশেন থাঙসি ঐ য়াই।

নন্দিনী— তূমানংদ্রি, অহ্নগা ঐখোই অবোকনা ঐবু হন্দক মরক ইমৌহন হায়না মীঙোন্দা রারি শারিবশি করিগীনো ?

মহেন্দ্র— ইমৌয়াইবা, ইমৌতোম্বী লাকখিগনি হায়রিবনিদনা।

নন্দিনী— নংস্থু অহ্নম খনবরা ?

মহেন্দ্র— অহ্নবু ঙসি নংগী রারিগী সব্জেক্ট মতাসিদি ফাইল কোন্দুনা তূম্বনা খরা মুঙাইদৌবোই নিঙই। ফাইল শূবা তোকলো হায়বদি খৎনসি হায়রিবোইরে। মুংদাংদবু খৎনবা হৌনবরাও তূমহ্নম তূমলো ( ঘড়ীদা দেং য়ৈরকই ) তো পুংখায় য়ৈরে তূমলসি থেঙখরে।

নন্দিনী— য়েঙোই নংনা শংবা মতমদা ঐবু নালন্দাদা পুহ্ননা অমুক্তা য়েংহল্লুবা। অহ্নগনে করিগীনো ঐনা নোংমতা মঙ্ মঙদবা অহিং য়াউদ্রিবসে।

মহেন্দ্র— কনানা খঙগনি। তূমলিঙৈদা কোয়চৎ চৎলিনিদনা। মঙ্দা নালন্দা উরম্বরাও ?

নন্দিনী— অং হিষ্ট্রীদস্থু পাখি, লাইরিকতস্থু থেংনখি, মঙদস্থু উই। নোংমা করি মঙ্ মঙখি তাগেরা ? লৌরাইগী উফুল হৌবা লম্বী অমদা নোংপোক পাংনা নালন্দা চৎলিবনি হায়দনা তৌরম্মী। লম্বীদা ঐনা রাহ্ননা মতেক মতেক পোৎথাই। ঐ অসি অশোক নিংথৌগী মতমদা পোকপী লৈশাবীনি হায়দনা তৌই। খোঙদা খোঙজি শি। খোঙথাং খুদিংগী নূপুরনা শ্রিং শ্রিং মখোল থোকই। শমজিদা ঐনা মাল্লিকা অপোম্বা পরেংনা কোইশিল্লি। করিগী চৎলিবনো হায়বা খঙবরা ?

মহেন্দ্র— তারগা খঙবা হায়বহ্ননি।

নন্দিনী— ঐনা অস্থুম য়েংখিবদা চাউর চাউরবা নূঙগী দলাল উই অহ্নগা শিঁড়িনা মথং মথং রাংনা কাখিব্রা য়েংবদা

অঙকপনি। নূঙপাক অচৌবা অমদা ইরম্মী—অসিদি নূপী চঙবা য়াদে। ঐনা চাউরবা শনাথোঙ মনাক্তা ফমথৈ। ঐগী মিংস্মু হৌজিক কৌরিবা অসি নত্তে হায়দনা তৌই। করিনো মহাশ্বেতা নত্রগা গোপা করিনো অমদি মহায়রে মতম অত্থদাদি নিঙশিংলম্মী তারিবরা?

মহেন্দ্র— তারি (নোক্তুনা) মতমত্থদা নন্দিনীস্মু অত্থম চন্নবা ময়াই অত্থবু চৎপগী মরমদি নং লোৎলি।

নন্দিনী— লোৎলোই। ঐনা কনাগুম্বা নূপা অমবু ঙাইবনি হায়। মন্নুংদা লৈখিৃবা নূপা অত্থ ঐগী মরুপনি হায়নস্মু তৌই। লাইরিক তম্বা চৎখিবনি হায়। ঐনা কোয়েং য়েংবদা কনামতস্মু উদে। নূঙগী মূর্ত্তি ফজরবা ময়াম ফল্লাংদা থেৎতুনা লৈবা অত্থদদি উরম্মী। মখোয় অত্থনা লোইনা ঐঙোন্দা য়েংলকই। ময়ামত্থদগী খ্াইদগী ফজরবা নূপীগী মূর্ত্তি অমস্মু য়াউই।

মহেন্দ্র— ইস, নংনা নালন্দা চৎপা অত্থদা য়াউজরমদৌবু।

নন্দিনী— তাদ তাখোবা, নূপী অদো কয়া ফজখরে। অত্থক ফজবা ঐগী পুন্সিদা উখিদ্রি। কৈগা খূজিল পরেংনা লিক ওইনা শিরম্মী। ঐনা মঙোন্দা হেক য়েংবদা মানা নোকফেৎ হেক্তা তৌরকপা·······ঐনা মায় লৈথোকই। অমুক য়েংলুরগা হেক্তা নোকলকই।

মহেন্দ্র— তুৎ কদাই কদাইদগী ইম্যাজিনেসন নো? (নোকপা)

নন্দিনী— ঙাইখো লোইত্রিয়ে স্মুম মতাউবা·······নূপীত্থনা নোকপদো ঐবু করেমনবা ওইনা তৌই। ঐনা খল্লি অচাচা লাকচৈদা নংনবো।

মহেন্দ্র— অত্থগা নংগী ঙসাইগী মরুপ ব্রহ্মচারী অত্থ ঐদি নত্তেকো। ঐ নৎত্রবদি নূঙগী শকহেনবীত্থনা মুনখিবা ওইসম্মু।

নন্দিনী— হায়গুম্মাদনা ঐস্মু মাবু কল্লকই। খনথি অসিগুম্বা নুঙগী মূর্ত্তি অসি মমুংদসু লৈরমগন্রা ? মাগী কাদসু লৈরমগন্রা, মাগী ঘিগী থাউমৈ মচাগী মঙালদা মূর্ত্তিগী হকচাং কয়াৎতু ইপোম হৌরমগন্রা·········

মহেন্দ্র— অহুনদি ঐদি নৎত্রেনে নংগী মরুপসে। হায়যু কনানো ঐদি শিমিন্নগদৌরিবা জাৎনি।

নন্দিনী— ঐ খঙদে।

মহেন্দ্র— এদিখঙই

নন্দিনী—কনানিনা ?

মহেন্দ্র— ঐনি। মতম অহুদা ঐ ছাত্র ওইহুনা লাইরিক তমলম্মী ঐগী ইমিংসু মহেন্দ্র কৌরমদে সূর্য্যসেন কৌবম্মী। লোইরব্রা ৱারী ? অহিং নোংশোয়বা মঙবা মঙ্বু অহুক তেনবা

নন্দিনী— মঙদদি য়াম্না শাংলিপোৎনি। অহুগা মঙ্ অহু করম হায়না লোইশিনখি তাগেরা ?

মহেন্দ্র— তাগে ফজনা লোইশিল্লু।

নন্দিনী— খঙহৌদনা সন্ন্যাসী ওইনা তৌবা অনি থোরক্লগা লম্বীদা খুদোম্বী থিন্দুনা হায়—"চৎখ্র্া চৎলু অসিদা নং লাকপা য়াদে" মতম অহুদা ঐনা খল্লম্মী ঐঙোন্দসু অমুক্তং মখোইনা হন্না য়েংলমলবদি কদাইদগী ঐবু অস্নুম তানথোকপা ঙমগনি।

মহেন্দ্র— ( নোক্তুনা ) সাবাস্ নন্দিনী। নংদি কবি ওইগদবনি। হৌজিক্তি কবি থেঙলে তূমলসিদনা। ডাক্তরনা করি হায় ? নংবু ৱাহনগনু শাংনা পোৎথাহল্লু হায়।

নন্দিনী— ঐ তূমনিংদ্রি।

মহেন্দ্র— তূমনিংদ্রবসু তূম্বা থেম্বা তাই। ৱা য়াম্না ঙাঙ্বা

ফংতে। নং নশা শোল্লি কাউরবরা? ঙসিদি অসিদা তোকলসি হয়েংগাস্নু খরা মথাকই।

নন্দিনী— ঐদি মুংখিল চুপ্পা রা ঙাঙদে।

মহেন্দ্র— ঐ মচু খঙই। অদু ওইরবস্নু নহাক ওপরেশন তৌঙৈগী নশা অসি হান্নগুম ইহন হনগৎপা ঙমদে। নশাগী খরা য়েংবা চুমজ্রাও। সে মিৎ উইশিল্লোসে মরাইনা তুমজখিনি।

নন্দিনী— মিৎ উইশিল্লগবু পোৎথাবরা? ঐনা ঙাঙবা তানিংজ্রগা তোকউ।

মহেন্দ্র— নং অসিদি ওন্থোকপনিদা হেক্তা শাউবা। রা য়াম্না ঙাঙগনু শাংনা পোৎথাউ হায়বসিবু নংনা ঙাঙবা তানিংদে হায়না অর্থ হনগদরা?

নন্দিনী— হল্লোই। অদুবু ঐদি রা ঙাঙদ্রবদি তুমিন্না লৈবা হৈতেয়ে। ঐবু তুমিন লৈয়ু হায়নু। য়েঙোই নহাল কবি নূপী অমনা ইবা পাবদা থেংনখি। করি হায়না ইখি খঙবরা? অস্নুম হায়না ই…

ঙমগনি কপ্পা নংগীদমক
নত্রগা ইশৈ নংগুলাংগী
অদুবু করম্না লৈগনি তুমিন
পুন্সি লিশাং চূপনা?

মহেন্দ্র— নং অসিদি কিটস্ শেলিগী যুগতা পোক্কদবা নূপীনী।… ময়াম অসিগী মরক্তা লৈবা অসি নং য়াম্না হৈনদ্রে নৎত্রা? ঐস্নু খঙই নংগী রাখল, নংগী পুন্নমক মফম অসিগা চান্নদে। অদুবু ফিভম খুদিংমকপু, হৈননবা হোৎনবস্নু গুণ অমনি। নংনা হৈনত্রিবা মী ময়াম অসিগীস্নু হুনিয়া অমা লৈ। অং, ঐ নংবু পুন্থনা অমুক্তংদি কোয়বা চৎকনি। য়েংলুসি নংগী নালন্দা অদুবু নন্দিনী অসিমদি থাজো

পুন্সি অসি কল্পনাতনা হিংবা ঙমদে। থংগ্রেক থংনা মিকপ থোকত্রবদি কল্পনা অহুবুস্থ থাদোকপা ঙমদবনি মহুস্থ ঙহাক্তনি কুম্মৈগী ভাবোক ওইবা হৈবা কৈ। ঐখোইগী পুন্সিদি খরা তোঙাল্লি নত্রা অহুবু মসিস্থ পুন্সিনি পামদে করম্না হায়গনি।

# 'অহুমগুবা উৎপা'

( মহেন্দ্র মমাগী কা। মহেন্দ্র চংলকপা )

মহেন্দ্র— ইমা ঐবু কৌরা?

মহেন্দ্র মমা—কৌই রা ভাওনসি অসিদা ফমলো লাও।

মহেন্দ্র— করি রানিনা ইমা।

মঃ মমা—নূপামচা, ইমৌ অসিবু থাঙ্ থাখিবস্থ ফনা মকুইরে। মশাসি ইফৎ ফৎতবসি করিগীনো? থাঙ্ থারবদি মীগীদি মশা শেংই হায়নবদাই। মথা ভাদবা অসিনা করিগীনো? থাঙ থাবগী হৌনবীরা?

মহেন্দ্র— নত্তে ইমা মাদি মহৌশাণস্থ মশা থরা মশোল্লি। ইমাগী নত্তেং পাংবদা য়াম্না নীঙবা থুংত্রবরা?

মঃ মমা—নত্তে নত্তে, মহুগী নত্তেদা, ইমানা ইশু অমতং মিৎতা উঙ্লিংহুনা পংলোন লোনবনি। অহুবু নূপামচা ইমৌ অসিবু অঙাং অমুক পোকলরোইত্রা, ভাক্তরনা করি করি হায়?

মহেন্দ্র— করিস্থ হায়দে। মসিগী রাসি তোকলসিদা ইমা।

মঃ মমা—করি? মসিগী রাসিবু তোকপা য়াবা রারা? নংগী থারা অমতং লৈহৌবা অসিবু ঐবু খনগন্থ হায়বা। মাবু মুংশিদবা নত্তে ঐস্থ, অহুবু মানা অঙাং মপোকত্রবদি খন্নদবা য়াত্রা? নংগী হয়েং অরোইবা মুমিৎকী কর্ম্ম কনানা তৌবিগনি। শাগৈ অমগী মমিংবু হেক মুৎপা য়াত্রা?

মহেন্দ্র— ইমা, মাবু ঐনা লুহোংবা মতমদা অরোইবা মতমগী রা খন্নখিদে। হিংলিঙৈ মতমগী খন্দুনা লৈমিন্নখিবনি। মাগা ঐগা হায়নবা লৈত্তে—নংনা করিগুম্বা ঐগী অরোইবা

হুমিৎকীদমক ঐঙোন্দা ইচা পিবা ওমত্রবদি কায়নসি অম্মুম্না হায়নবা করিস্থ লৈতে।

মঃ মমা—নহোয়গী অহুক য়াম্বা রাহু ঐ খঙলাক্কে। ঐগী হায়ববু শাগৈগী মৈরা অমতং লৈহৌবতনি।

মহেন্দ্র— মাগীদি ইমা?

মঃ মমা—মাগীদি নং লৈরি, নংগী নচানা মাগী তৌবা য়াই।

মহেন্দ্র— (নোক্কুনা) মহু ওইবা য়াদে, মহু য়াগনি হায়মা হেক্তা লৌবা চুমদে। ঐনা হান্না শিবা তারবদি মানস্থু ঐগী অরোইবা কর্ম্ম তৌবা য়াই।

মঃ মমা—অহুদি শাগৈগী মৈ মুৎপা তারবা নূপী অমগীদমক।

মহেন্দ্র— (শাউরপ তৌনা) ইমা মহু হায়মু। মসিগী রাসি ঐ হঞ্জিন হঞ্জিন য়ান্না তারে তোকলসি, করিনো শাগৈ হায়ববু। তাইবংপালদা শাগৈ কয়া মুৎখরে কয়া থোরক্কনি। চহী লিশিং অমগী মতুংদা ঐ হায়বা অমা লৈরম্মী হায়বসি কনানা খঙবিগদৌরিবা, মসিগী রাসি ইমুং অসিদা অমুক হৌদোক্লসুশি। করি নৎতবদা মুঙাইতবা ফৎতে।

মঃ মমা—অহুদি ঐনা নংগীদমক নূপী অমা থিগে তৌরিবসি নং য়াররোই। মচাগীদমক নূপীথিবা হায়বসি তৌনরিবা ঙাক্কনি। মাস্থু মসাইনা লৈজনি, নংবু থাদোকউ হায়বরা?

মহেন্দ্র— মহু হায়মু ইমা, ঐ নূপী থিরোই। মাগী মরা য়াউদনা ইমানা থবক পায়খৎপা চুমদে।

মঃ মমা—ইস্ নংনা হায়রিবসিবু মঙোন্দা ঐবু হায়জৌ হায়রিবরা? মঙোন্দগী অমুক নংবু ভিক্ষা তৌহনা নিবা তারবরা? (কপ্পিংবগী খোঞ্জেলদা) ফৈ ঐ হায়জগে মঙোন্দগী নংবু অমুক নিজগে। অহুগা মানা য়ারবদি নং য়াগনিদনা?

মহেন্দ্র— মসিগী রাসি তোকলসিনে ইমা। ঐবু রাহনগমু।

# 'মরিগুম উৎপা'

( তুমফম কা। নন্দিনী কপ্লুনা লৈরম্বা
মহেন্দ্রনা থেমলন্মী )

মহেন্দ্র— সে তোকলোইমি। কৈদৌরগে হায়য়ু কৈদৌরগেইবা। কনাগা করি তৌনরগে.......নন্দিনী নংসিমা মুঙাইখিদ্রে মরোল মরি খঙদনা পংকপ্পা কপ্লগা করি কাম্নে।

নন্দিনী— ( কপনা কপনা ) কাম্নদনা কপ্লিবনি.......করিগীনো, করিগীনো তাৎ তৌরিবা ? অওই অওইবা হায়নবা য়াদ্রা ? ঐবু অঙাংলা ঐনা করি লানথে নখোইদা ? ( কপনা )

মহেন্দ্র— হাইমা! হাইমা কৈদৌরগে মঙলনে হৈ ? কনানা করি হায়রগে, করিনোনে মসিবো মফম মরাং ইখঙ খঙদনা পংশাউদা শাউরিসিবো।

নন্দিনী— অবোকনা........

মহেন্দ্র— ইমানা করি তৌরবগে করিনো হায়দদি হায়য়ুদনা।

নন্দিনী— করিগীনো নংনা অবোক্তা ইনশিল্লিবা নংনা অতুম হায়বা য়াদ্রা ? ঐ অঙাং পোক্লে, পোকলরোই, ফরে নংনা নূপী থিবদা ঐনা থিংবরা ? করিগা অহল অপঙবদা ইনশিল্লি।

মহেন্দ্র— ( হৌনা নোক্লুনা ) হো হো অতুগী ওইরে। ঐবু নূপী থিদৌরে হায়বা য়াউরব্রা। অহননিনা পঙ্ঙাঙ ঙাঙজ-বনি। ইমানবু ঐনা ইনশিল্লকই হায়বরা ? সে নন্দিনী কপকম্মুসে মুঙাইতে। রুমাল সি লৈরে নপি তৈথোকউ।

নন্দিনী— অবোকতি কদাইদগী হায়নি। ঐ লোইনা খঙই। অসিগুম্বা তাৎ পাৎ অসি ঐ হৈনদে। ঐমু ইচা পামই,

অসিবু ঐনরা? ঐগী ওপরেশন মতমদা মশাতা ছিংহন-বিয়ু হায়দনা নংনা কপখিবহুদি ড্রামারা?

মহেন্দ্র— তোকলোইমি নন্দিনী। মসি কনাগীসু মরাল মস্তে নংগীসু নস্তে ঐগীসু নস্তে। ইমানা পঙঙাঙ ঙাংজবনি, ঙাঙজসমু কৈদৌগে অহলনি। ঐখোয়গা মখোইগা রাখল খরা খেন্নবদি মশানা তাবনি ঙাঙজসমু।

নন্দিনী— হুং। ঙাঙজসমু। নুপাগী খ্বাইদগী অশোনবা মফম লৈ। নহাক অঙাং পোকলরোই অসিনি। অদুবু মীনা মীগা অশোনবা মফম থিদুনা চৈ থাবদি মীগী শাজৎ নস্তে। নশামক্লা ঐঙোন্দা অস্নুম তৌগনিসু থাজরুদে।

মহেন্দ্র— ওস্তোকপনিদকো নন্দিনী নং অসে····

নন্দিনী— ফৈ ঐ চৎখিনি নখোইদা কারিমত্তা দোষ পিরম্মোই ঐগী চংজফম মনিপুর সমাজদদি রাৎতে। অদুগা নংগদি হাকথেনংনা ঙাঙনবা পাম্বনি, অদু ফাউবগী থৌনাদি নংগাসু লৈফম থোকই।

মহেন্দ্র— (মুংনশামপী হোন্দুনা) উম্········নন্দিনী। শাউম্নু। মসিদা ঐনা লানবা খরা লৈখরে। মসিগী রাসি তোক্লসি তপ্না রারি শাশি। ঙসিদি নং য়াম্না ইকসাইটেড্ ওইরে। ঐবু থাজৌ ঐ নুপী থিরোই। ঐ ইচা য়াউদনা হিংবসু ঙমগনি শিবসু ঙমগনি।

নন্দিনী— ঐগীসু ইচা লৈরকপা য়াই। মদু নখোইনা খনদবা করিগীনো? করিগীনো নখোইনা ঐবু অস্নুক থুনা পুমলোই লোইবা ওইনা খল্লিবা?

মহেন্দ্র— চুম্মী। চুম্মী লৈরকপা য়াই········(মুংশামপী হোন্দুনা) অদুবু নন্দিনী······ঐনা করিগুম্বা তমথারবা রা অমতং নঙোন্দগী লোৎলি। মদুগাদমক্তা নংনা ঐবু ঙাকপিবা

তাই। ব্রা অসি নোংমা হায়গে মনিংই অহুবু হৌজিক-ফাউবা নঙোন্দা পনবা ঙমদরি। ঙসিম্নু তোল্লসি। সে তূমলসি থেংএ ( অৱাবগী মিনোক্কা লোয়ননা ) মঙ্ মঙউ ঐগী মঙ মঙউ ঐ নংবু থিংলরোই।

নন্দিনী— ঐ মঙ্ মঙবা পামদরে। করিনো শেংনা হায়য়ু।

মহেন্দ্র— নন্দিনী······নন্দিনী নং মপোক অসিমগী অঙাং পোকল-রোই ঐখোয় অঙাং লৈররোই।

নন্দিনী— করিগী ? হায়য়ু করিগী ?

মহেন্দ্র— নংগী ওপরেশস মতমদা ডাক্তরনা হায়খি নংদি অঙাং পোকপা থুদিংগী ৱাগনি। মতম অহুদা ঐনা খ্বাইদগী ৱাবসি নংনা ৱাবা উবা অহুনি। ঐনা নংগী নৱা লৌদনা ডাক্তরদা মতুংদা অঙাং পোক্তনবা তৌবিয়ু হায়খি। ঐবু ঙাকপীয়ু নন্দিনী নংগী নফমদা চুমথোকপা য়াদ্রবা মরাল লঙজখে করিগী তুমিন লৈরি····ঐবু শাউদ্রে·······হায়য়ু····
···হায়য়ু····ঐবু ঙাকপারে হায়য়ু।

নন্দিনী— ( তপ্পা ) শাউদে ঐ শাউররোই·······ফিভম অসি পাক লাকশিনবা ঙমদহুনা তৌবনি। নংনা হায়য়ু ঐবু ঐগী ফিভম অসিদা নংগীনি হায়না খনবা ঙমগনি।

মহেন্দ্র— অহুদি নং ঐবু শাউদ্রে ঐবু ঙাকপীরে। লৈতসনু। নন্দিনী অঙাংনা মৱম ওইহুনা নংনা ঐবু থাদোক্কনু।

নন্দিনী— ইস। অহুবু ঐখোইগী ইৱাললা ? নংবুনি ঐনা কিবদি। ( কপ্লিং কপ্লিং তৌনা ) অহুবু ঙহাক্তংদি পুন্না কপমিন্নসি ( কপ্পা )

মহেন্দ্র— নন্দিনী—

---

মিশক তাকপা !—

প্রোফেসার নীলমাধব—চহী নীফু হেল্লবা নূপা অমা।

রাধামণি—নীলমাধবকি মতৈমগী মনাওনূপী। চহী ৩৫।৩৬ কি লেং।

তাঙো—কুইনা লৈরকলবা নীলমাধবখোয়গী মনাই।

## ( রাস শান্নবগী পুংখোল )

প্রোফেসর্‌রগী খোঞ্জেল—নোংমা। মুমিৎ অদো বসন্ত পূর্ণিমা মতুং মুমনি কোনবা মুমিৎনি। ইতৈমগী মপামলোমদা রাস অমা শান্ন-বদাইদো। নংসু নিঙশিংলমগনি নখোই ইমুং মন্নুং মুপনা রাস য়েংবা চৎখি বামন মাগুবতা। ঐবু য়ুমশঙবা ইতৈমনা নেকলন্মী নংদি কুম্মৈ য়েংদনা তন্না হল্লকখি। করিগীনো মরম চপ চাবা খঙলুদে নংনসু তাকখিদে—অহুবু ঐনা মুমিত্তুদা লানখি। ঐ লানখরে মহুগী প্রায়শ্চিত্তি পুনশি চূপ্পা তৌবা তারবরা। ঐ য়াই ঐ নঙোন্দা লানখরে অহুবু পুনশি চূপ্প দগুি ফংবদি কনানা হৌনবগে? ফৈ দগুি অসি ঐ খাঙগে। অহুগা মরাল চুমথোকপা ঐ লাকলম্মী হায়বা অসিমদি নংনা খঙলরোইদকো।

### ( মিউজিক্‌ )

প্রোফেসর নীলমাধব—তাঙৌ ঐগী লাইরিক ইনবা ফানহুদি?

তাঙৌ— লাইরিক ফানদো, পুরক্কে খুৎ থাদোকপা য়াদবা থবক অমা তৌহুনা তৌবনি·········সি থম্মুরা? করিনো হৌজিক্না লাইরিক ইদৌরবরা তৌরিসিবু। সন্ধ্যা য়াচংবদবু কনানা·········ঙহাক লৈরগা ইয়ুদনা।

প্রোঃ নীল—ইস থাংমৈসিদি তেঙ্গালিনা পুম্মম্‌ মমলেদনা। কয়া কুইরে শেংদবা? থরা শেংদোকপা য়াত্রা? ঐনা লাইরিক ইবা হেক লেপ্পগা হেক্তা শেংদোক্তবা অসিবু অঙৌ, নংসিমা মুঙাইখিত্রে। মিৎপু তাঙবা তারেনে। ঐবু অসুম লাইরিক ইহল্লবদি।

তাঙৌ— পরফেসার কৱারৈ ময়ামসে বিজুলীনা পূংলং, ঐখোই-গীসিদা মঙাইরে মবেনশিজ লৈশারিঙৈগী লেমতোল্লা হোৎনরিসে। ঐখোয়না তৌরিসে থিক্তংদি হাকমনখ্রেকো। ইমুং অমতা পুথোরকউ বিজুলি থান্দবা। কনানবু রাজগে নরান লেপ্লসিবু হৌনবরা? মুঙাইবরা লেমতোননা লাইরিক ইবসে? কনাগী দণ্ডিনো তৌরিবসিবো। লাইন হায়রা সরকারনা মরাইনা পিজগনি। পানগে লাকই পামদে হলহনখিদো করিনো নংনা পামলিবসে ঐতদি মথঙদরে।

প্রোঃ নীল—খঙদ্রগা তোকয়েদনা। নংনা নিংববু মহাভারত, রামায়ণ লেংবা মুনিশিংত্বু বিজলী মৈঙান্দা ইরমগনি নীংবরা? ঘিগী থাউমৈ নত্রগা মৈ য়াঙহুনা ইরমগনি।

তাঙৌ— ইবুঙোনদি মুনি ওইনি হায়দনা হোৎনরিবা মীনদি মুনিনি হায়বিদেনে চুকশাবগী রা ঙাক্তা থম্লেনে। অহুগনে ইবুঙো বিজুলী লৈরম্লবদি মহাভারত, রামায়ণ য়াম্না ইরমগনি —ঘি থাউমৈ ওইবহুননে অমানিত্তা ইরমলিবা।

প্রোঃ নীল—(নেক্তুনা) ইস্ তাঙৌ নংদি প্রোফেসর মরক্তা য়াউহুনা তৌরিমাল্লে রা ঙাঙবদা পণ্ডিত ওইরেনা! হৌজিক্তি কৈ দৌরিবা বিজলী মৈঙান্দা ইবা মহাভারত রামায়ণ থোরক্তবদি? মুনি পোক্ত্রে অসিরা.........

তাঙৌ— অহুবু চীংহি চক্ষু কোক্তা পুররগা লুদবদি করি কায়ে।

প্রোঃ নীল—ফরে ফরে তোকলসি, ঐগী থাওমৈ অসিদদি অমুক্তা শেংদোকপিয়ুদনা। (মপালদা থোঙ থীনবগুম্বা মখোল অমা তবা) কনানো মখোল অমা তায় মী লাকপ্রা তাঙৌ।

তাঙৌ— লাকলগা মরাইনা কৌজরক্কনি। লাকস্নু লাকখ্রে কদাই কদাইদৈনো। ঐবু চেংশু চামশিল্লুরে থাংমৈসিবু শেংখিত্রা?

প্রোঃ নীল—তোকও অত্থগা ঐ তৌজরগে। মোমবতী অমা পীগে হায়রগা পীয়ু, অত্থসু লৈতে হায়রুরা।

তাঙৌ— ইবুঙো.........

প্রোঃ নীল—করি অমুক তৌরে।

তাঙৌ— চাকখুমসিবু য়াদ্রেনে থোংবা। কয়াদি কুইরে ইস্তোপ্তা ইমুংদা থোংলিবা। সরকারদা চে অমত্তদি ইয়ু কৈদৌগে। ফরিবরা তৌরিসিবো ইমুংসিদা চাকসু থোংজিন মী-পোং লাক্লগা ওস্তোক্লা ইকাইখ্রে সৈত। ফমফম কানি হায়দনা অমা পিবসিসু দান তৌথোকখ্রেদো।

প্রোঃ নীল—হয়েং ইগে খরা নিঙশিংলকউ। তাঙৌ ওসিদি ঐ খরা থেঙনা লাইরিক ইগে নং চাক চাথোক্লগা তুম্মো ঐবু ঙাইমুকো পব্লিশর না মহা ওইরে থৌবনা।

তাঙৌ— করি কান্নে পবলিক্সারগী কান্নবা তৌরগা ইবুঙো। অত্থবু চাকতি থোংবা হৌরে—হোরেন চারবদি ইঙবনা লোইরনিনে চখোমমুক্তং চারগা ইয়ুদনা।

প্রোঃ নীল—হুঃ নং অত্থম চাথোকও ঐ কোম্না চারগে।

তাঙৌ— ইবুঙো।

প্রোঃ নীল—করিনো করিমুক তৌরগে। নংগী রিপোর্ট অসে য়ামখ্রেদকো।

তাঙৌ— ঐগী ইসু নূপীদো মঙানি পানবদা লুহোংগনি হায়দনা পাউ লাকই। খরা হান্না চত্তুনা নোম্বা লিকপা য়াউরু-গেনে ঐবো। য়ুমদা মঙানি তরানিদা চৎলুগে হায়ববু করি হায়বা?

প্রোঃ নীল—কদাইদা চৎকে হায়বা?

তাঙৌ— ওস্তোকপনিদা মীনা ঙসাইনা হায়বসে তাদমাল্লেনে। ইবত্থ ঙহাক্তদি তোকখোদনা ঐনা হায়রিসে তাখো।

য়ুমদা মঙানি ১০ নিদা চৎলুগে ইশুনূপীগী লুহোংবা য়াউরুগে।

প্রোঃ নীল—ঐদি কনাগা লৈহোবা।

তাঙৌ— অহুগীদি ঐনা লোইনা শিল্লেদা। ওজা দরেনগী য়ুমদা লৈবা নিপামচাহনা তৌবিগেয়ে নংনবা।

প্রোঃ নীল—মীঙোন্দা হায়রুন্নু তাঙৌ ইরাইনা হোটেলদা চাজনি। অহুবু লুহোংবা অম্মুক রাৎলিঙৈদগী কৈদৌরুগেগে চৎলুরগা। নোংমা নিনি রাৎলিঙৈদা চৎলগা লোইরে।

তাঙৌ— অহুবুদি ইবুঙোদি কদাই খঙনি। (অমুক মপালদা মী লাকপগী মখোল) মী লাকমাল্লেনহে ইবুঙো, হৌজিকপু কনানোনে.........অমুক্তা য়েংলুখিগে। তানজা-মেনজা চাদনা লাকইদা.........

প্রোঃ নীল—ঐনা ঙসাইনা মী লাকপা মখোল তাখি হায়দরা.... তাঙৌ কনানো.........কনানোনে মানা রা ঙাঙনরিসিবু.... কনানো কনা লাকপগে ?

তাঙৌ— (চংলক্কুনা লোল্লপনা) ঐখোয় ইবেতোননে ইবুঙো।

প্রোঃ নীল—ইবেতোন হায়দি ?

তাঙৌ— ইতৈমা ইবেম্মাগী মনাও নূপী ইবেতোন রাধামণি খঙত্রবরা।

প্রোঃ নীল—মাদি করিগী...কদাইদগী লাকইবা....করিগীনি হায়গে... চৎখ্রবরা ?

তাঙৌ— চৎতে মপালদা ফমলি। ঐবু ময়ুম ফাউবা অমুক্তা লেপ্পীয় হায়নে।

প্রোঃ নীল—কদাই চৎলুরিবনো মাবু ?

তাঙৌ— হাইমা ইবুঙো নং খঙত্রা ? ওজা দরেনগী মচানূপীশিংদো *প্রাইভেট তম্বীরিয়ে। মখোইগী মীনা হেক হেক খিন-বিবনি ঙসিদি মখোই ইমুংদো অনাবা অমা য়াউই হায়ব্রা

ইকাইরেয়ে হায়বা। ঐবু অমুক্তা লেপ্পীযু হায়রিবা ঐগদি ইত্তং তত্তনা উন্নৈদা।

প্রোঃ নীল—থিল্লুরোদনা অহুগা। লেপ্তনা লৈরগা করি কান্নৈ।

তাঙৌ— চাক্তি থোংগৎলুরে অহুনা কমদৌবা অহুবুদি ঐগা ঙাঙনরেদা মপালদা ঙহাক ঙায়খিগেয়ে।

প্রোঃ নীল—ফৈ থিনবিরু....তাঙৌ ইমুংদা ঙাইবনা ফত্রা....ঐ চৎথোককেনে লাও হায়য়ু। মন্নুংদা ফমসন্নু চৎলকউ হায়রুচো। ঙাইখো তাঙৌ ঐগী ফুরিং মতেকতুদি ?...ও ....আ লৈরে য়ারনি য়ারনি....ইমুংদনা ফৈনে মপালদদি....ও চংলকউ। ঙসাইনা ইমুংদা চংলকপা য়াত্রা ? ইমুংদা ফমলগা ঙাইবনা ফৈনে...তাঙৌ....নংগীহুনা কয়ারাৎলিবা....

তাঙৌ— ইবেতোন মোরাসিদা ফম্মুসে। ঐ ঙহাক্তনি চাক লোইশিল্লমলগা চৎলসি। য়েন্‌ছাং কোম্না থোংলগে।

রাধামণি—য়াইদা তাঙৌ তপ্পা তৌ ( খিত্তং নোক্তুনা ) ঙসিদি খুদোং অমা চাদহুনা তৌবনি ইতৈবুঙো। খর ঙল্লবদি ঐস্নু ইতোমতা চৎপনি। থেঙলগনা মখোইনা অহুম থিনবী। মখোই ইমুংদো য়াম্না চেন্নহৌই অঙাং উন্নগদৌবা অমা য়াউমাল্লে। ঐস্নু খরা থেঙদোকখরে অহুদা ( নোক্তুনা ) তাঙৌ হেক্তা থিলহল্লগে হায়হুনা চংলকলবা।

প্রোঃ নীল—য়াই কৈস্নু কায়দে। তাঙৌ খরা থুনা লোইয়ুসে। কদাই তান্না থিনদৌরিবনো অসোমদরা ?

রাধামণি—( নোক্তুনা ) হান্নগী য়ুমদনি। থোইনা কুইনা চংলোই তাঙৌ হল্লকপা।

প্রোঃ নীল—অহুগী নত্তেদা।....ঐখোইদদি চৎলু লাকলুত্রবরা ?

রাধামণি—কুইরে ইচেহোই চৎলুদবা। নহাল ইবুঙোগী লুপ্তণ থাংবা হুমিৎতা চৎলুবদগী চৎলুদ্রি।

প্রোঃ নীল—মুমিৎতুদি ঐস্মু লাকলম্মী উরমদেনা।

রাধামণি—উরমলবস্মু খঙলোই। ঙসিবু তাঙৌনা ঐনি হায়না তাকলমদ্রবদি খঙগদ্রা ?

প্রোঃ নীল—ঐবুদি খঙগদ্রা তাঙৌনা হৌজিকফাউবা ঐগীদা লৈরমদ্রবদি।

রাধামণি—মহুদি খঙবস্মু য়াই।

প্রোঃ নীল—মাহু ঐ থাজদে।

রাধামণি—থাজদবা য়াম্না পুন্সিদা থাজবা তাই। থাজদে হায়দনা কনাদা ওইনরুনি। তাঙৌ করি পাংঙ্গে ? ( হৌগৎখিবা )

তাঙৌ— লোইরগে লোইরগে ইবেতোন।

রাধামণি—করি পাংঙ্গে কৈনো থবক অমত্তদি পীয়ুদনা ঐগীস্মু। কৈদোরে তৌরিসিদে, চাকস্মু কৈস্মু তূমফম কাদা থোংলবরা নখোই ইমুংসিবু চাকখুমকা লৈজদ্রা ? ইস্ চাইরিময়ামসিদি।

... ... ...

তাঙৌ— অতুগীনিনে ঙাঙনরিসে। চাখুম অসি থোংবা য়াদবা থা অহুম মরি শুরে। অহুতবু নখোইগী নতৈবুঙোসে খরা হায়য়ু হায়বা য়াবা কৌবা লৈতে। ঐখোয় ইমুংদা তৌরিসিদি ইবেতোন ইবু ইকাইদা নংগী নমাংদা। কা অহাঙবা অমা লৈবসিস্মু কনানো ছাত্র অমা লৈফম....লৈতে হায়দনা মঙোন্দা পীথোকখ্রে। অতৈ অমদা হায়বা কৌবা লৈতে, য়াই হায়বা খঙদনা ঐখোইগী ওজা পরফেসার অসিতদনি মখোইনা নৈররিবা। ছাত্রত্থনা অমুক কমদৌরি সোদা লোনখ্রবা, ঐখোইদি মশকপু উবা ফংদে।

প্রোঃ নীল—ফরে ফরে মীরা ঙাঙ্লহু। নংনা তৌগদোবা তৌদোবা তৌ। ফজ্জসে মী কুইনা ঙাইবা।

রাধামণি—তাঙৌ ঐনা কুইনা ঙাইবগাদি থোইনা খল্লুমু। ঐনা কুইনা কমলগা রাই চিনগদরা অত্থুম তাম্নৌ।

তাঙৌ— এঃ করি রাই চিল্লুদগে ইবেতোন। ঐখোইদি শাউরিবনিনে চংলক্কে হাত্থয়না। ঐখোইবু অতোপ্পরা ?

প্রোঃ নীল—তাঙৌ কনা অমনা খঙনা খঙনা তৌগে মতাগুম মীগী মথরাই শোকহল্লি। কনানা মশা ফাউব খঙদনা মীগী থরাই নাবা থবক তৌই। ফলদি অমত্তুনি। অত্থুবু চপ মান্নবদি নত্তে। নং ঙসাই শাউইদনা নয়ুম চৎকে য়াদে হায়থুনা, ঐস্মু শাউই নংনা নয়ুম চৎকে হায়থুদা অত্থুবু ঐনা শাউবদি নখোইনা মরম চাদে হায়নিদো। কনানা নিঙাই তৌফম লৈতথুনা শাউই, কনানা রাকৎফম লৈতথুনা কপহৌই। অত্থুবু নোংমতংদি বিচার লোয়শঙ অমদা কাথুনা রাফংনংনিংবনি।

তাঙৌ— অত্থুদা ইবুঙো চৎতবদি য়াদবা। মবেল লৈরবদি ফৈদো। ঐস্মু স্মুম লৈথোক্লবদি মপুক য়াম্না মুংশিগনি ইশুদো। ঐগী ইশুনূপীনিনে লুহোংদৌরিসে ইবেতোন।

রাধামণি—থাবলনা পোকপরা তাঙৌ।

তাঙৌ —ইস্ মুংশিদা কাউদ্রিবোইরে—ইবেতোন। ঐনদি খরা হান্না চৎথুনা নোম্বা-লিকপা য়াউনিংলিবা—ইবুঙোনদি নোংমা নিনি রাৎলিঙৈদা চৎলু হায়রিবা।

রাধামণি—চুম্মী কৈদৌগে মাগী মাগী য়েংবা হায়বসে হোনশানি। তাঙৌস্মু চৎনিংলগা ফুক হেক হৌগৎথুনা চৎখো কনানা খাম্বা ঙমগনি। কনানা ওইজবা থিবদা লমজেল য়াঙনা চেল্লি। কনানা খুদি থীথুনা লৈহৌই। কনাস্মু লান্দে তাঙৌ নংস্মু হেক্তা চৎখো করিস্মু কায়দেদা।

তাঙৌ— অত্থু য়াদথুনা তৌরিবনিনে ইবেতোন। ইমুংসিদা

লৈরিবদি ঐখোইনিতা। ঐস্নু পঙনা য়ুমকা চৎপা নত্তেনে। নখোই নতৈবুঙোসে মতোমতা করম হায়না লৈহৌনি। ইমংসিদা নূপী অমা নহামা লৈরবস্নু ফৈদো কনানবু চহী নিফু হেল্লাফাউবা নূপী অমতা পুরকপা ঙমদবসিদি····

প্রোঃ নীল—তাঙৌ ঐগী লাইরিক মথুম অঙাংবা পানবত্থু কদাই লৈ। চবেৎ চবেৎ ঙাঙদৌ শরুকপুদি অমুক্তা লাল্লোরাওসে।

তাঙৌ— খুৎসিনা? হো কনানো কনানো ঐবু অমুক কৌরিবসিবো। লানগে লানগে ইবুঙো কনানো ঐবু কৌরিসে ঐমুক্তা য়েংলুখিগে। (ঙহাক তুমিন্না লৈনবা)

রাধামণি—ইতৈবুঙো ঐ লানজগে য়াগদরা? কদাইদা লৈ···· আলমীরা অসিদচা····মমিং অমুক্তা হায়বিরকউ।

প্রোঃ নীল—মথক্কী শেল্‌ব তা লৈবনি। এশিয়ান্‌ আর্ট্‌ কৌবনি। আ অসোমদা কাচিন থংবদা অং চুমলে (নোকপা)

রাধামণি—কৈদৌরগে ইতৈবুঙো·······

প্রোঃ নীল—ঐনা পাখোল শীবদা নংনা শাউবদো নিঙশিংলকই।

রাধামণি—নিঙশিংদবনা ফৈ। ইস্‌ ওস্থোকনা লুর লুরবা লাইরিক নৈনবিরেদা। করি লাইরিকনো হন্দক ফোংগদৌরিবসিনা।

প্রোঃ নীল—করিস্নু নত্তেদা। পংই ইবনি থবক লৈতত্থুনা।

রাধামণি—ফৈনে থবক লৈত্রগা পংই ইবা ঙমলিবসে।

প্রোঃ নীল—নংবু ঙমদ্রা?

রাধামণি—অহাঙবা কোক্তি থবক লৈরবস্নু লৈত্রবস্নু পুংহাঙ হাঙই ইতৈবুঙো। থবক থরদি তৌই হিংনবা অত্থুবু শাজৈ কিবা শগোলনা সার্কসতা জগোই শাবগুম্বনি শাল্লিংত্থুনা তৌবা নত্তে। কোক্কী শিজিন্নফম থঙদবনিনা লাইরিক থরা তমহৌরমত্রবদি নহালনা চরা হেন্দুনা শিরমগনি।

প্রোঃ নীল—অহুনদি কোক অসি পুংহাঙ হাঙবদি নত্তেদনা, শিজিন্নরগা মুঙাইনা চান্নিদনা।

রাধামণি—মপালথোংদা উবা ঙাক্তনবু চুমলবদি করি রারুণি ইতৈবুঙো—তাঙৌ লোইরবরা ?

তাঙৌ—( তাঙৌ চংলকপা ) লোইরে লোইরে ইবেতোন। অহুবু ঙহাক্তংদি ঙাইরম্বা তারেনে। কন্নিগীনো খঙদে ওজা দরেনগী ইবেম্মনা লাকউ হায়দনা কৌবা লাকই। শৎ অমুক্তা হংদোকলুখিগে। ঐ অসিবু চেন্নবিবসিনা ময়ামগী শিনয়াম পুবা ওইনা তৌরদনা। অসিস্থ লৈকাই অমা পানবগুম্বনিদো য়েংনদবস্থ য়াদেদো। ঐ থুনা লাক্কে ঙহাক্তং লৈরমখোকো।

রাধামণি—থিনবু থিনবিনি হায়রবদি নোংয়াই য়োরবস্থ ঙাইজগে তাঙৌ।

( ঙাইহাক তুমিন্না লৈনবা····মিউজিক )

প্রোঃ নীল—রাধামণি।

রাধামণি—করি হায়গে ইতৈবুঙো ?

প্রোঃ নীল—ঐখোয় অনি উন্নদবা কয়া কুইরে নিঙশিংলিবরা ?

রাধামণি—কনানা খঙগবনো অহুক কুইরবা রাহুবু।

প্রোঃ নীল—চহী ২০ গী মথক ওইগনি। ঐদি থাজদবনি ঙসিগী থৌদোক অসি। থাঙ্গৈশেংবা ঐ খঙদে নং অস্থরাইদা লাইরিক তম্বীবা লাকই হায়বা—লাক্লবদি নোংমতস্থ চংলকপা কৈদৌই। ঙসিগী মচংঙক অসিদি থরা মুঙাইতে। ঐনস্থ নংবু থিনবা য়াবনি অহুবু থিল্লরোই, রারৌন্থ—তাঙৌ চৎসন্থ ঐ কি।

রাধামণি—( নোক্তুনা ) কনাবুনো কিন্নিবো ? মীগী নূপীগা চৎমিন্নবদা খুদোং থীবা থেংনরবদি মহুৎ মাঙগনি অসিরা ?

প্রোঃ নীল—ঐনা মাঙখিবা পোৎকিদি মপোক অসিমগী মহুৎ ফংলরোই—ঐ মহুবু চিংনদে ইশাবু কিহুনা তৌবনি।

রাধামণি—ইতৈবুঙোবু কয়া পাওদবা মীনোনে। ঐদি অহুম লৌজদে।

প্রোঃ নীল—রা অসি নঙোন্দগী তাবদদি খরা মুঙাই। কিফম চাদনা কিবা মীদি পাওদবা মীদগীস্থু হেন্না তোল্লি। নংনস্থু অহুম্না নোংমা থনখি। অহুবু পাওদবা মীগী মিচংসিবু মরৈত্রবরা —মতম অমদা পাওদবা মীগীস্থু মিচং কয়া লৈরম্মী। খুৎ শম্বিগে হায়হুনা মী কয়া চোংথোকখি। অহুবু পাওদবদগী অস্থুম অস্থুম লাম্হোকচখিবনা মরক্তা মরুভূমি অমনা থৎখি, হল্লকপগী উপাই লৈখিদে। রাধা, তাউ। তানিংত্রবস্থু ঙহাক্তং থাঙউ। পুন্সিদা খোঙফম অমতং শোয়খিবনা অরানবগী কোমদা অস্থুম অস্থুম পুৎথখিবসিবু করি মতৌনো? মতম অসিদি কদায় খুৎ শমহুনা পুখৎপিগে হায়দনা কনাস্থু চোংথোরক্তে। নংদি পাওদবনি অহুম নতোমতা লৈজহৌরো হায়দনা লংথোকপিরম্বা অসিবু হৌনবরা?

রাধামণি—কনানা খঙগবনো ইতৈবুঙো অহুক লুবা রাহুবু ঐনা করম খঙগনি। তাঙৌহুবু কয়া কুইদৌরিবা জাৎনো ঐবু অস্থুম চৎখ্রসিরা?

প্রোঃ নীল—চৎখিমু। তঙাইফত্রবদি পাওদবা অসিস্থু কান্নরকপা য়াই। নংস্থু ঐদোনা পাওদবা মীরা? কা অমত্তদা ঐগা লৈবসি কিবরা?

রাধামণি—পাওদদনবু থিনবিয়ু হায়দনা চংজরকপনি হায়কম চাই চাদে খঙদনা।

প্রোঃ নীল—ফরে, মসিগী রাসি তোক্লসি। পাওদবা মী অমগী রারি তাগেরা? রাস শান্নবগী রারিনি, নিঙশিংলিবরা?

রাধামণি—নিঙশিংদ্রে ঐ করিমতা নিঙশিংদ্রে, ঐ শুকৃনিং নিঙশিংদ্রে।

প্রোঃ নীল—মতুনা হেন্না ফরে, ঐ ইনৌ নৌনা লীরগে। মসিগী ৱারি অসে মশিং নাইদনা চহী কয়া চুপ্পা ইতোমতা লীজখি, থৌদোক খুদিংমক চিনফা পুরি। ঙসিদি নংনা তাদবা য়াদে। ৱারি অসি পুতুনা ঐ শিনিংদে তাউ............ নোংমা............

(ৱাস শান্নবগী অ্যাট্মোস্ফিয়ার। রাধামণিহোইগী ইমুং। মতম মুমিদাং। নীলমাধবনা রাধামণি-হোইগী য়ুম শঙতুনা মতোমতা ফমলম্মী। থোং হাংদোক্‌লা নহাওইরিবী রাধামণি চংলকপা।)

নীলমাধব—কৈদৌরে রাধা হল্লকলবদি। জগোই য়েংবা ঙক্লবরা?

রাধামণি—হল্লকলবা।

নীলমাধব—করিগী?

রাধামণি—হকচাং ঙমদে।

নীলমাধব—ঐদি ঐবু শঙবিবা লাকইবোই নিঙতুনা হরাউরুরেদনা। করি ওইনা ঙমদ্রিবনো ঙমদ্রগা হিপ্ল্দনা।

রাধামণি—হিপ্নরোই ফরে।

নীলমাধব—ইস্, থুনা ফরেদা। ফনতুম ফরে হল্লকপা। ঐস্নু ইতোমতা নখোয় য়ুমসি শঙবা কিতুনা লৈরম্লিবনি। কপিগীনো নখোইগী নয়ুম শঙ্বা নেক্লগা নখোইনা মুঙাইনা কুম্মে য়েংবা ঐবুনা ইতোমতা থনম্লিবসিবু...... ঙমদা ঙমদ্রবরা রাধা? ঙমদ্রগা হিপ্লো। ইতৈমহোই কৌরুরা?

রাধামণি—কৌবিসু ঐ করিস্নু তৌদে, ঐ নাবা ফরে।

নীলমাধব—ফরগা থিনবিরগে, কুম্মে অমুক য়েংলুখো।

রাধামণি—ঐ য়েংনিংদে নংবু থিনবিয়ু হায়বরা ?

নীলমাধব—করিনো মসিবো। লুহোংঙমদাই ওইহ্না মী খৎনবা হৌরবরা ?

রাধামণি—কনানা হায়রিবা ঐ লুহোংগনি। ঐ লুহোংলোই (খংকপ কপ্পা) ঐ ঙম্মোই ঐ শুকঙম ঙম্মোই। ইতৈবুঙো ঐ শিনি ঐ শিনি।

নীলমাধব—করিনো মসিবো পামদ্রগা পামদে হায়য়ুদনা কনাগী দণ্ডিনো ? নংবু মহ্ন ফাউবা হায়বা হৈত্রবরা ? নংনা কপ্পগা করি কান্নে। (নোক্কুনা) নহাল ঐনা চৎখিন্নু চৎখিন্নু ঐখোইদগী হায়দরা ? নংনা লৈনিংদ্রে লৈনিংদ্রে হায়দনা মচৎখি। হৌজিক্ত ফরেদনা। ঐখোইদা লৈরম্লবদি অম্মুক রারোইদো।

রাধামণি—ঐবু নখোই নতৈমগী মিনাইরা ? মাগী মচা লৌনবা আয়ারা ? ঐবু ইয়ুম লৈত্রা ?

নীলমাধব—ফরেনে নয়ুমদা কুইনা লৈবা ফংদৌরেদনা।

রাধামণি—ঐ শুকঙম ঙম্মোই। নংনা থোকপা তৌ। ঐ খঙদে। নংনা থোকপা তৌ।

নীলমাধব—(তপ্পা) রাধা নংনা হায়রিবদো ঐস্নু খঙই অহ্নবু মহ্ন ওইথোক্কে। নংদি ইতৈমগী মনাওনি…মহ্ন খঙনা খঙনা ইস্! মীনা ঐবু করিনি হায়গনি। নংদি ঙসি ঙরাংতনি ঐখোইদগী চৎখিবা, মীনা ঐবু করি হায়না খনখিগনি। মহ্নগী মথক্তা ঐদি য়াম্না রাৎলি। ঐবু নংনা ঙাইবা রাগনি। অহ্নগা ঐদি মীনা হঞ্জিন ইঞ্জিন চৎলবা লন্থী চৎতবস্নু য়াই। পুন্সি অসি মওং অমদা চৎথগেস্নু খল্লি। পুন্সিগী আশ্রম মরি অসি চপ্‌ চানা চৎকে খল্লি…

রাধামণি—অহ্নদি করিগী নংনা অম্মুক কুইবসি ফাগি তৌরি। মীনা

লক্লবদা নংস্ন য়াউনা করিগী নোকখি। ফাগিনি করিগা হায়দে।

নীলমাধব—নত্তেনে রাধা। শাউম্নু ঐ ফাগী তৌবা নত্তেনে। মীনদি ঐবুস্নু লক্লবনি, নোক্তবদি কমদৌনি। অত্থবু ঐনা ফাগি ওইনা লৌখিবনি হায়নস্নু খনগম্নু। ঐস্নু মীনি। ঐগীস্নু থম্মোই লৈ।…অত্থবু পুন্‌সিদা আইডিয়্যাল অমদি থম্বা তাবনি।

রাধামণি—নং চৎপিখ্রে। ঐ কনাবুস্নু পামদে। ঐনা থোকপা তৌনি।

নীলমাধব—ইস্ করম্না নংবু থাজহনগনি। ঐ হোজ্জিকমক খনফম খণ্ডব্রে। ঐ নঙোন্দদি ফাগী তৌখিদে। নং হয়েং তুংদা খণ্ডলক্কনি। করি কান্ননি। মতম চাদনা পুন্সি মাঙলগা।

রাধামণি—নংদি মাঙলোই ঐদি মাঙবা হৌরবনি। নংতা চৎপিখ্রে ঐ নংবু শুকয়েং য়েংনিংদ্রে। চৎপিখ্রে ( কপ্পা )

নীলমাধব—য়েংনিংদ্রবদি চৎখিবা তারেদনা। খরদি খম্থখো…রাধা হয়েং লাক্কে তপ্পা খন্নসি।

রাধামণি — লাকপিন্নু হয়েংস্নু লাকপিন্নু শুকলাক লাকপিন্নু।

নীলমাধব—অত্থদি শুকলাক লাক্লরোই। করিনোনে মসিবো—ঐ চৎলে হয়েং লাক্কে, হৌজ্জিক ঐ হায়ফম খণ্ডব্রে।

প্রোঃ নীল—মতুংগী হুমিত্তা ঐ লাকপা ঙমখিদে। পাক চঙবা ঙমদত্থনা তৌবনি। য়ুম য়োৌরবা মতমদা খণ্ডলকই—ঐগী অ্যাম্বিশন্ ঐগী মঙ্ পুম্নমক অরেম্বনি নং য়াউদ্রবদি। মত্থদি ফাগি নৎলমদ্রে—মত্থদি অচুম্বদগীস্নু হেন্না মরা লুনা তারমলে—থীন্দনা অমুক চেল্লকপনি— অত্থবু লম্বীদা মরু-ভূমিনা মখোং পান্না চৎলম্মী। নংগী হৈজ্জিংপোৎ পুবগী নূপী ময়াম্না নখোইগীদা পরেং শানা চংখি। ঐ অত্থম খণ্ডলে

পাল্লবা সাহারা অমনা নংগী ঐগী মরক্তা খনখরে, লানবগী উপাই লৈতে অহুম হল্লে ঐহাক. (মুঙাইতনা নোকপা) নংনা ঙসাই হায়খিবদাইদো মশাগী ওইজবা থিবদি মীগী হৌনশানি। চুম্মী ঐস্নু ওইজবা থিরুই। অহুবু ওইজবা থিবা খুদিংগী ওইজবা ফংদে অসিমদি নংস্নু য়ারিনি নত্রা?

(ঙক্লা) হাইমা কদোম চৎখ্রে। রাধা .....

তাঙৌ— লাকএ লাকএ ইবুঙো। ইবেতোনদি কদায়, কদোম চৎখ্রে?

প্রোঃ নীল—খঙদে হৌজিক্তা লৈরম্বনি। মপালদস্নু লৈতেনে। অমুক্তা য়েংউ কদোম চৎখ্রবগেনে।

তাঙৌ— ইবেতোন হো ইবেতোন......(লাউবা)

প্রোঃ নীল—লাউনুসে তাঙৌ অহুম য়েংউ তুমিন্না।

তাঙৌ— লাইমা মুঙাইতেদা.......লৈতেনে......ইবুঙো কদায়দনোনে চৎখ্রি বসিবো মীনা ঙাইক্তুং ঙাইরম্মু হায়রমক্তদা। ইবুঙোবু কদাই চৎলুবগে? মুঙাইখিদ্রে সৈত। ইবুঙোনস্নু কোক থিনবিবা য়াবনি। হন্না সেকেন হেন অমা লাৎলিসে নোংমতংদি শিজিন্নবা য়াইদনা। ওঃ কুইনা ঙাইবহুদা ইকাইহুনা চৎখ্রমাল্লেদো। ইস্ লাইম জুগোৎ থোক্তেদা ঐ অমুক্তুং তান্নহুনা য়েংলুসিরা ইবুঙো কয়া কুইরে চৎখিবা?

প্রোঃ নীল—অহুবু খঙলবদি ঐ করিগী নঙোন্দা হংলুনি।

তাঙৌ— মী অমা ইচাউ চাউনা থোকখিববু উহৌদেইনে, ইবুঙোদি কৈদৌহুনা লৈহৌই? হরে কৃষ্ণ করিনোনে তৌরিবসিবো ইস্ মী ইকাই ইকাই লাকচবদা।

প্রোঃ নীল—(শাউনা) তুমিন লৈয়ুসে, নংদি কোক লোইথোকপা য়াদ্রা......চৎখ্রগা চৎখ্রেদনা—চৎখিংলগা চৎখিসন্নু। ঐনা মাবু চৎলু হায়বরা? অহুগীদমক ঐনা অমুক থিরুখিদ্রা?

চৎখিসন্থু। করিগীনো মাবু অঙাংলা? চৎখিসন্থু থিরুন্থু তাঙৌ। চৎলগে তাকলম্বা য়াব্রা? থিরুন্থু চৎখিসন্থু। মাগী ফেৎ ফেৎ শাউবদো হৌজিক ফাউবা তৌরিয়ে। কৈদৌনেগে মানা শাউরগা……চৎখিসন্থু।

তাঙৌ— ইস্ অহুদা মুঙাইতেদনা হায়দোক্তনা হায়বদা। শোইদনা ওজা দরেনখোইবু থিলহনলম্লনি। অহুবু আদদি লাকপা উদেদা। ঐস্থু অহুদগী লাকপনি। ইস্ হয়েং ঐ ময়ুম চৎতবা য়াদে ঐ মতুংদা উম্নবা ঙম্মরোই। ঐবু ঙহাক য়েংলুখিসিরনে ইবুঙো। হরে হরে নোংস্থু খোংলকএনহৈ।

প্রোঃ নীল—য়েংগে হায়রগা য়েংলুচোদনা কৈনো লেপ্তুনা লৈরিসিবো। চৎকে হায়রগা পরপ পরপ হেক চৎলু। ঙাইখো তাঙৌ গ্যারাজ থোং হাংদোকউ।

তাঙৌ— কদাইদা অমুক চৎকদৌরিবা? হরাশঙ্ লোন্দবনি। কদাইদনোনে?

প্রোঃ নীল—মহ্ নং খঙলগা করি কাম্লে। ঐনা চৎপা খুদিংগী নঙোন্দা তাকত্রা? ( নোঃ মুংশিৎকী মখোল )

তাঙৌ— নোংবু চুদৌরমাল্লেনে।

প্রোঃ নীল—চুসন্থু।

তাঙৌ— অহু ঙসাইনা কোক হেক গাড়ী পুহুনা থিন্দোকখিবদি য়াব্রা?

প্রোঃ নীল—ঐ মাবু থিনবা চৎপা নত্তে। ( তপ্না ) তাঙৌ করি চান থক্লবা লৈ ঐগী গাড়ীদা হাপচিল্লু।

তাঙৌ— কদাইদনোনে চৎকদৌরিসিবো? অহিংসিদা। ইস্ য়াম্না চুমখিদ্রেদা ইবুঙো। নংনা ঙহাক খাম্বিরম্বা য়াব্রা? অস্থুম হায়না কোক থিন্দোকপিরম্লবদি কদাইদগী ব্রা কায়নি।

প্রোঃ নীল—ঐ খঙহৌদেনে। তাঙৌ মানা থোকখিবা খঙহৌদেনে। করিনো অরৈবা খরা গাড়ীদা হাপচিল্লুসে ঐ য়ুম চৎলুগে, কুইরে অঙাংশিং উল্লদবা। ইতৈ-মহোই উনরুগে কুইরোই থুনা হল্লকে।

তাঙৌ— চাক্তি ?

প্রোঃ নীল—নং চারম্মো। ঐদি আদ চারবস্থ চারকে।

তাঙৌ— খঙত্রেদা ভৌরিসে। অঙাংশিংছুনবু নশকপু খঙলমখিদ্রা হয়েং চৎপদি কমদৌই ? য়ুমদা মুঙাইনা ময়ামছুগী মরক্তা লৈগেদি হায়দেদো। হোজিকপু চংউবদা পুংঙক ঙক্লরনিনে।

প্রোঃ নীল—অছুগা তাঙৌ নয়ুম চৎকে হায়বদো হয়েং চৎলো ঐনা থোকপা ভৌরগে। নংনা লৈনিংবা মখৈ লৈরকউ য়ানি।

তাঙো— অছুনিনে ইবুঙো চৎত্রবদি মপুক মুংশিনিনে।

প্রোঃ নীল—অছুদি ঐ চৎলে।

( লাপথোকখিবা হরাগাড়ী মখোল )

তাঙৌ— ( কৌছুনা ) হো ইবুঙো লম্বীদা ইবেতোনদো থেংনরদি খরা থিনবিরম্মুকো।

প্রোঃ নীল—(লাপ্না ) ঐ মাগা থেংনরোই তাঙৌ। মাগা ঐগা লম্বী তিন্নদে। ( মুংশিৎকী মখোল )

... ... ...

প্রোঃগী খোঞ্জেল—নিঙশিংলিবরা রাস শান্নবগী অহিংদো। অছুগা মরাল চুমথোকপা ঐ লাকলক্সী অসিমদি নংনা খঙলরোইদকো।

---